খোংজবা—

এল, জিতেন্দ্র শর্ম্মা

ব্রহ্মপুর, নহাবম।

১৯৮৮ ইং

কোপী মশীং

লিশিং অমা



মমল লুপা ১৬/-



ফংফম

দেবলা বুক স্টোর

মসজিদ রোড, ইম্ফাল।

নম্ফম

দেবলা প্রেস, পাওনা বাজার, ইম্ফাল।

# ৱাহৈ খরদং

লাইরিক মচা অসিদা য়াউরিবা ৱারীশিং অসি হিন্দুগী মথোইবা ধর্ম্ম-গ্রন্থ ওইনা লৈরিবা উপনিষদতগী ৱারী খরদং খনগৎলগা অরায়বা লোন্দা ইথোকচবনি। অদুগা লাইরিক অসি ফোংদোকচবগী মরু ওইবা উদ্দেশ্যদি অসিনি মচুদি মসিদগী খরদা ওইরবসু পিক্লিবা অঙাং অমম্পুং পাবা-ইবা খঙনবৈ থোকপা অহলশিংদা কান্নবা ফংগদ্রা খল্লকুবদগীনি।

লাইরিক মচা অসিদগী নৌরিবা অঙাংশিংদা কান্নবা খজিক্কং পীবা ঙম্লবদি হোৎনজমন মহৈ য়াল্লে খল্লগনি।

লাই'রক অসিবু চিলড্রেন বুক কম্পিটিসন, ১৯৮৭-৮৮, সাহিত্যদা অনিশুবা মনা পীবিরকপগীদমক্তা ইডুকেসন ডিপার্টমেণ্ট, মনিপুর সরকারগী মকমদা তৌবিমল খঙবা উৎচরি।

অইব —

# সূচীপত্র

# উপনিষদকী ৱারী

## নচিকেতা

থাইনা মমাংঙৈগী ৱানি। মতম অদুদা বাজশ্রবা কৌবা মুনি অমা লৈরম্মী। মহাক য়াম্না ধর্ম্ম চৎনবা অমসুং যাগ-যজ্ঞদা মথৱায় য়াউবা মুনিনি। নচিকেতা কৌবা মচানুপা অমা লৈ।

বাজশ্রবা মুনিনা অচৌবা যজ্ঞ অমা তৌরম্মী, যজ্ঞ অদুগী মমিং বিশ্বজিৎ যজ্ঞ কৌই। যজ্ঞ চাউবগী মতিক দক্ষিণাসু চাউই। অসিগুম্বা যজ্ঞ তৌরিবা মহাক অদুগী থ্বাইদগী অথোইবা মপোৎমরল অদু যজ্ঞগী দক্ষিণা ওইনা দান তৌগদবনি।

বাজশ্রবানা যগ য়াম্না দান তৌই। মদু উবদা নচিকেতানা খল্লকই, মহাক বাজশ্রবাগী মচানুপানি—মচানুপা হায়বসি মপাগী থ্বাইদগী অথোইবা লন্নি। অদুম ওইনমক মহাকপু দি দান তৌবিদ্রে, অদুনা যজ্ঞগী ফল মপুংফানা ফংলরোই। অসুম্না খল্লুনা মহাক্না বাজশ্রবা মুনিগী মনাক্তা চংশিল্লগা হায়রকই, "পাবুং, ঐবু কনাগী মকমদা দান তৌবগদৌরিবনো ?"

বাজশ্রবানা করিগুম্বা পাউথুম অমত্তা পীদে। অমুক, অনিরুক, অহুম্লক— নচিকেতানা মপাগী মকমদা ৱাহং অসি হয়া হয়া হংলকই। মতম অদুদা বাজশ্রবানা শাউদুনা হায়রকই, "ঐনা নঙবু যমগী মখুৎতা পীথোকনি।"

মপাগী ৱা তাবদা নচিকেতানা খল্লকই, 'ঐ পাবুংগী শিষ্যশিংগী মন্নুংদা হন্থবা নঙে: ঐনা করিগুম্বা হীরমদা মকোক থংই অদুগা করিগুম্বা হীরমদনা মথংদা লৈ। অদুগা অতৈ শিষ্যবুদি যমগী মনাক্তা থাজগা ঐবু থানিংলিবসিবু করিগীনো? শোয়দনা করিগুম্বা অরুবা ময়ম অমা লৈরমগনি, অদুনা ঐবুদা অথম্বনা মকম অদুদা থাবগী কান্নবা লৈরমগনি।'

অদুম্না খন্দুনা মহাক যমগী মনাক্তা শোয়দনা চৎকন্নি হায়না নচিকেতাগী মপুক্লিংদা লেপখ্রে। অদুবু বাজশ্রবানা ভশেংনমক্তি মচানুপাবু যমগী ময়ুমদা থাবা পামদে। নুংশিরবা মচাবু করম্বা মপানা অশিবগী খয়াত্তা মতৌ করম্না লংশিনবা ঙমগদগে? শাউ-মনখিবনা খন্থবগী জ্ঞান মাংখিদুনা বাজশ্রবানা অদুম্না থোক হেক হায়দোকখিবনি। অদুবু নচিকেতানা যমগী ময়ুমদা চৎলগে হায়রক্লে। মতম অদুদা মপ না মহাকপু থামজিল্লি। অচুম্বনি, মমা-মপা কনানা নুংশিজরবা মচাবু হয়াও হয়াও যমগী মখুৎতা শিন্নবা ঙমগদগে?

মপানা ফনা খিংলবদসু নচিকেতা মপুক্লিং ওনবা মরৈখিদ্রে। মহাক্না খল্লকই, 'যজ্ঞগী মমাংদা মহাক্না ঐবু যমগী মখুৎতা দান তৌখ্রবনি। হৌজিক করিগুম্বা মহাক্না হায়দোকখ্রবা ৱা অদুবু

ঙাক্নবা থোক্নবদি যজ্ঞগী মহৈ ফংলরোই, থোইদোক্নহৌম পাপ লংশিনবা ওইরগনি। মরম অহুনা ইপাগী সত্য ঙাক্নবগীদমক ঐহাক যমগী য়ুমদা চংকদবনি।'

অস্থুন্না কয়া মুন্না খল্লবা মতুংদা নচিকেতানা মপাবু থেমজিন্দুনা হায়রকই, "পাবুং, ইপা-ইপুশিংগী ৱা নিংশিংবিয়ু। মথোয় সত্য ঙাক্না চংলম্মী, করিগুম্বা সুমিংতম্ সকরিগুম্বা হীরম অমত্তগীম্সু সত্য কায়খিদে ; অতোপ-অতোপ্পা অচুম্বা চংপশিংনম্সু সত্যবু থাদোকপা তৌখিদে। অহুগা পাবুংনদি করিগী সত্য ঙাক্লোইদগেদো! অহু নত্তবা মীওইবগী পুন্সিগী মমল করি লৈরিবগে? তৌল-কাংনা সুমিং খরনিদং হিংলম্নগা শিবগুম মীওইবস্সু নোংমদি শোয়দনা শিগদবনি। মরম অহুনা শিবা নাইবা মীওইবা মপোক অসিগীদমক্তা করিগী সত্য কায়বিগদৌরিবনো? করিগুম্বা ঐ ঙসি যমালয় চংত্রবস্সু নোংমদি চংতবা য়ারোই ; মরম অহুনা ৱাবিক্লগন্নু—ঐবু চংহনবিয়ু।"

থিংলুহুনা কায়ররোই হায়বা ৱাজশ্রবানা খঙলে।

অহুগী তুংদা নচিকেতা যমালয় তম্না থোঙশানখ্রে।

নচিকেতা যমগী ময়ুমদা থুংলরে। মতম অহুদা যম ময়ুমদা লৈরম দ। নচিকেতানা মকম অহুদা যমরাজবু ঙায়হুনা লৈরি। নোংমা, নিনি, অস্থুন্না নুমিং হুম্নি হৌখ্রে। নচিকেতা লেংদনা ফমহুনা অহুম লৈ—ইক্লজদে, চাদে-থক্তে তুমদে। যমগা উন্নব্রিব-মথৈ মহাক চিংনবা কোক্লোইদৌরি—অতোপ্পা কর্ম্মস্সু তৌবা ঙম্লোইদৌরি।

হুমিং হুম্রিগী মতুংদা যম্না য়ুমদা হল্লকপদা ভারে, হুমিং হুম্রি চুপ্পা চরা হেন্দুনা অতিথি ব্রাহ্মণ মচা অমা মাগী য়ুমদা মাবু ভাম্বদুনা লৈরি। পাউ তাবদা যম থোইদোক্না লুংশাথীরক্লে। মরমদি য়ুম মৈ হোরকপদা মহুবু মুংথংপা ভমহৌত্রবদি য়ুম্বুগী অমাংবা ওইবগুম ব্রাহ্মণনা য়ুমদা লাকপনা পেলহনবা ভমত্রবদি মঙ্গল লৈত্রে। মরম অদুনা ব্রাহ্মণ মচা অদুগী মখোঙ-মখুং শেংদোক্নুনা যমনা পেলহন্নবা হোৎনরকই। অদু নত্রবদি যমগী কর্ম্মফল পুম্নমক্নু মাংখিগনি। মরমদি শাস্ত্রদা ময়েক লানা ইরি, অতিথিনা চরা হেনবগী ফলনা য়ুম্বুদুগী দানফল, যজ্ঞফল, মসিদা নত্তনা পুত্রফল ফাওবা অরেম্বদা মাংই। মরম অদুনা যম নিংথৌনা নিংথিনা সেবা তৌরবা মতুংদা নচিকেতাদা হায়রকই, "হে ব্রাহ্মণ, নহাক্না অতিথি ওইনা লেংবিররগা ঐগী য়ুমদা অহুম চরা হেন্দুনা লেনবিরম্লে, অদুনা নহাকপু খুরুমজরি। নহাক্না শাউবিদুনা ঐগী করিগুম্বা অমঙ্গল অমত্তা থোকহনবিগনু। ঐ পেল্লে—অহুং অমমমগী অমমম ওইনা নহাক বর অহুম নিয়ু—মহু ঐনা পোয়দনা পীগনি।"

মতম অদুদা নচিকেতানা বর অহুম অদুমক নিরকই, অংানবা বরদা হায়রকই, "হে যম নিংথৌ, বর অহুম অদুগী মনুংদা ঐহাক অংানবা বর অসি পামজৈ—ঐগী দমক ঐবু পোকপা ইপাগী থম্মোয়দা করিগুম্বা অরাবা অমত্তা পোকহনবিগনু; ঐঙোন্দা মহাক শাউহনবিগনু, পেলহনবিয়ু। যমগী লৈথাক্তা চংগ্রবা মীগা মীরম্লেন্দা লৈবা মীগা, মরি পুম্নমক তৎনৈ—অদুবু ঐগা পাবুংগী মরক্তা তৎনবা অদু থোক্তনবা— মহাক ঐবু শকখঙ হনবিয়ু।"

যম্মা পেল্লহুনা হায়রকই, নঙগী প্যমজবহু থুংজরো। নহাক্কী নপানা মহৌশাগী মতৌগুম নহাকপু শক খঙহুনা লুনা-চান্না তৌগনি। অশিবগী খন্নাত্তগী হন্দুনা চংখিবদা ঐগী ম্নাথংদগী মহাক্না নঙবু শাউরোই। অদুগা নহাক পুন্সি চুপ্পা নুংঙাই-ম্নাইফনা পানগনি। পুন্সি চুপ্পা নহাক মপাগী অচানবা মচা ওইগনি। হৌজিক অনিশুবা বর নিজরো।"

অনিশুবা বর নিহুনা নচিকেতানা হায়রকই, "স্বর্গলোকতদি করিগুম্বা অকীবা অমত্তা লৈতে—মফম অদুদা লৈবশিংনা ইবুংঙোবু কীহুনা করিগুম্বদসু মীপাইদে। মফম অদুগী মীদি অহল ওইদে; কনাসু অরাম-খোরাংবা লৈতে—মখোয় নুংঙাইবদা তাউবা পুন্সি লেল্লি। হে যমনিংথৌ, অগ্নিবিদ্যাগী মতেংনা অমরত্ব ফংনরিবনি, অদুগুম্বা অগ্নিবিদ্যা অদুগী অথুপ্পা কাংলোন ইবুংঙোদি খঙবিরিবনি। অথুপ্পা অদু ঐঙোন্দা তাকপিয়ু—অনিশুবা বর অসিনি ঐনা নিজরিবা।"

মতম অদুদা যমনিংথৌনা অগ্নিবিদ্যাগী অথুপ্পা কাংলোন কোংদোকপিরে। নচিকেতানসু মহুবু হল্লুকপগা লোয়ননা মপুক্লিং চংনা শিষ্যগী মতৌগুম পূম্নমক তাই। নচিকেতানা মাগী শিষ্য ওইরবা অদুদা যম নিংথৌ পেনখ্রে। মরম অদুনা মহাক্না অহুমশুবা বর নত্তবা অতোপ্পা বর অমা পীহুনা হায়রকই."নচিকেতা, নহাক্না ঐগী শিষ্য ওইবসিদা ঐ পেল্লে, অদুনা ঐ ইশানা পীনিংহুনা নঙোন্দা মরিশুবা বর অসি পীরিবনি। মসিগী মতুংদগী মৈ নহাক্কী মিংদা কাওরগনি। নহাক্কী মিংদা যজ্ঞনচিংবা লিংখৎলবদি মহাক

অহুম্ব পোকপ-শিবদগী নাথোক্লগনি। হৌজিক নহাক্কী অহুমশুবা ৱর নিরো।"

মতম অহুদা নচিকেতানা তপ্পা তপ্পা হায়রকই, "মীওইবনা শিরবা তুংদা 'খরায় লৈতবরা' চিংনবা পোকই। চানবিহুনা শিবগী অশেংবা মশক অসি ঐঙোন্দা তাকপিয়ু—মসিনি নিজরিবা অহুমশুবা ৱর।"

যম্না নচিকেতাবু চাং য়েংনিংলহুনা হায়রকই, "লাইয়াম ফাওবনা অশ্নক লুবা ৱাকম অসিদি খঙবা ঙম্মদ্রিবনি। মরম অহুদা নহাক্না মসি নত্তবা অতোপ্পা ৱর অমা নিয়ু।"

লাইয়াম ফাওবনা খঙবা ঙম্মদ্রবা অহু ওইরবদি শোয়দনবক অশিবগী মশক অসি য়াম্না থুপ্লবা ৱাকম ওইরম্লগনি; অদুম্না খন্দুনা নচিকেতানা যমদা হায়রকই, "নত্রে প্রভু! ঐঙোন্দা ৱাকম অসিমক তাকপিয়ু—পামজবা অতোপ্পা করিস্ব লৈজদে।"

যম্না নচিকেতাদা অপাম মীহৌ কয়া উৎভুনা হায়রকই,"নহাক পুন্সি-নুংশাংবা নচা-নতুনচিংবা নিজো; যণ, ঈরোই, শগোল, শামু, সনা, লুপা কয়া কয়া নত্রপা পাক-চাউরবা লৈবাক নিয়ু, অহু নত্রগনা অমর ওইনিংবরা হায়রু—ঐনা নহাক্কী অপাম্বা পুম্নমক থুংহনগনি, শিবগী শক্লোন অহুতদি হায়রকনু।"

শিবগী অথুপ্পা শক্লোন অহু নত্তবা নচিকেতাগী অপাম্বা ৱাত্তে করিস্ব লৈতে। মরম অহুনা মহাক্না হায়রকই, "মীওইববু কদি-ঙম্মদস্ব অল-থুম্না নুংঙাইহনবা ঙমদে, ঐনা পামজক্লিবসি ইবুংঙোগী

থৌজ.লদগী মপাল নাইত্রবা সম্পত্তি ফংগনি নত্রগা অমর ওইগনি। অদুবু হীরম অসিদা ঐগী অপাম্বা লৈতে—ঐঙোন্দা অশিবগী শক্লোন তাকপিয়ু।"

পেল্লদুনা যম নিংথৌনা হায়রকই,"নচিকেতা, নহাকপু পরিক্ষা তৌদুনা য়েংবনি, নহাক অপাম-মীহৌ লৈতে। অচম্বা মীনা পাম্বা অদু নহাক্না পামদ্রে। নহাক্না খ্বাইদগী অথোইবা বিদ্যা অদুতবু পাম্মি, অদুনা নহাকপু মতিকচাবা শিষ্যমি খন্দুনা লাইয়াম্নস্ থওনদবা অশিবগী অথুপ্পা শক্লোন অদু নঙোন্দা তাক্লগনি।"

অসি হায়রগা যম্না.নচিকেতাদা অশিবগী অথুপ্পা শক্লোনগী মরমদা তাকপিরে। ব্রহ্মবিদ্যাগী মতেংদনা অশিবগী শক্লোন খঙবা ঙম্মী— যম্না নচিকেতাদা ব্রহ্মবিদ্যা তম্বিরে।

ব্রহ্মবিদ্যা খঙলদুনা নচিকেতান্স জরামৃত লাম্থোক্তুনা মুক্তি ফংখি।

# সত্যকাম

সত্যকাম জবালাগী মচানুপানি। মহাক পুংবক চাউরক্লে। নোংমা মহাক্না শীং চনবা চৎপদা উখোং অমদা ফমহুনা গুরু অমনা শিষ্যশিংদা লাইরিক তম্বিরম্বা থেংনরম্মী। মহাক্না মমুমদা হল্লক্লগা মম দা হায়রকই, "ইমা, ঐহাক ব্রহ্মচার্য্য চৎতুনা গুরুগী য়ুমদা লাইরিক তম্বা চৎচক্লগে। ইমাগী য়াথং পীবিরো।"

মহাক্না হায়জরিবহু মমা জবালানা হরাও-হরাও য়াবিরে। মমানা অকবা মমিং য়েংলগা মচানুপাবু গুরু অমগী য়ুমদা থাস্রে।

সত্যকাম গোতম শাগেগী হরিদ্রুমত কৌবা গুরু অমগী য়ুমদা থুংলরে। মহাক্না গুরু অদুগী মফমদা মপুক্লিংগী বাহু হায়জরে। নোল্লক্না সত্যকামনা হায়রকই, "গুরুদেব. ওজা-ইবুংঙোগী য়ুমদা লৈদুনা ওজা-ইবুংঙোগী মফমদা ঐ লাইরিক তমজানিংই— ওজা-ইবুংঙোনা য়াথং পীনবিয়ু।"

খোঞ্জেল তপ্না গুরুনা হায়রকই, "নহাক কনানো হায়য়ু? অদুগা গোত্রনা করিনো?"

সত্যকামদি মপাগী মমিংসু খঙদে, করম্বা গোত্রনো হায়বসু খঙদে। মরম অসিনা মহাক্না মমাগী মিং অমসুং মপাগী মমিং তাক্লগা হায়রকই, "ইমানা তাকপিদবা মরম্না ঐবু পোকপা ইপাগী মমিং খঙজদে। অদুগা গোত্রসু ত কপিদে।"

মতম অদুদা গুরুনা হায়রকই, "মদু খঙদনদি ঐ নহাকপু তম্বিবা ঙম্লোই। নঙবু পোকপা নমাগী মফমদগী মদু মুম্না খঙলগা লাকউ।"



সত্যকাম মমুমদা হল্লক্লে। মহাক্কা মমাগী মমাক্তা চংশিল্লগা হংলকই, "ইমা ঐবু পোকপা ইপা কনানো? অহূগা ঐ করম্বা গোত্রদা পোকপনো শেংনা তাকপিয়ু।"

মপুকচেল শেংলবী জবালানা মচাগী মকোক্তা মনজলদা মখুংনা শিং-শিং নাসবিয়রহনা করিমত্তা চিংনবা লৈতনা হায়রকই, "ইমাগী ইবুংঙো। ঐনা ব্রাহ্মণ, ক্ষত্রিয়, বৈশ্য, শূদ্র খায়দনা মুপা কয়াগী সেবা তৌজখি। মতুগী মহৈনা নঙবু ইমানা ফংজরিবনি। মরম অসিনা নঙগী নপা কনানো অহুগা গোত্রনা করিনো ইমা খঙদে।"

সত্যকাম গুরুগী আশ্রমদা অযুক হনগ্রে। মহাক্না করিস্পু চিংনবা লৈতনা মমানা হায়রকপা পুম্নমক অহু গুরুগী মকমদা তস্নে।

মহু তাবদা মকম অহুদা লৈরিবা শিষ্যশিং অহুনা সত্যকাম্পু অখীবা ৱাহৈনা চৈ-খাংহনা মকম অহুদগী তাস্নোকদবগী তৌরক্লে। মতম অহুদা হরিদ্রুমতনা মখোয়বু খামজিল্লগা হায়রকই, "ব্রাহ্মণ মতনা অতোপ্পা কনানস্পু অশুম্বা চম্না চিংনবা লৈতনা অসিগুম্বা অচুম্বা ৱা ঙাংলোই। মরম অহুনা নহাক অশেংবা ব্রাহ্মণনি। নঙগী নমাগী মমিং জবালা—নহাক্কী গোত্র জাবাল ওইরবনি। নহাকপু ঙসিদগী সত্যকাম জাবাল হায়না খঙনরগনি।"

অসি হায়রগা গুরুনা মহাকপু আশীর্ব্বাদ তৌবিরে অমস্তুং উপনয়ণ পীহুনা মাবু ব্রাহ্মণ ওইহল্লগনি তাকপিরে। মতুগীদমক মহাক্না সত্যকামদা হায়রকই,"মুপামচা। নঙনা অচুম্ববু ঙাকপগী-দমক ঐ ৱায়া পেন্নে। নঙ যজ্ঞগী মীং লৌরু—ঐ নঙোন্দা উপনয়ণ পীরগে।"

সত্যকাম গুরুগী ৱাথং মতুং ইন্না অভুকপা উমংদা যজ্ঞগী মীং খিবা চৎগ্রে। মহাক গুরুগী যুমদা মীং পুহুনা লক্লে। মীং অহুম্না

মচা তৌহনা গুরুনা মাগী মচকপমদা উৱিক শিখিৱে— সত্যকাম ব্রাহ্মণ ওইৱে।

অহৃগী তুংদা গুরুনা সত্যকামদা শাথীনা মরাং কংলথা অমত্তুং মশাঙ্গল শোল্লবা ষণ চা-মরিথক অমমমতা ওইনা মশক তাক্লগা হায়রকই, "ষণশিং অসি নঙোন্দা শিন্নরবনি। নঙনা মখোয়সি শেল্লুগদবনি।"

গুরুনা হায়বা মতুং ইন্না সত্যকামনা ষণ চা-মরি অহৃ হোইহনা উমংগী লম্বীদা পুক্লে। মহাক্না লম্বী চংনা চংনা খল্লকই, ষণ চা-মরি অসিনা লিশিং কাদ্রিবা ফাওবা ঐ গুরুগী য়ুমদা হল্লোই।

সত্যকাম বন্দা চংক্লে। মতম কুইনা ষণশিংহ শেন্দুনা উমং-ৱামংদা লেল্লে। নোংমদি ষণশিংগী মশীং লিশিং কারক্লে।

সত্যকামগী নোল্লুকপা অমত্তুং অচেংপা লাইনিংদা পেল্লহনা মুংশিং কৌবা লাইনা মাবু চানবিরগে খল্লক্লে। অত্তুমা খন্দুনা মহাক্না ষণ লাবা অমগী শক্তম লৌহনা সত্যকামগী মমাংদা চংলকই। মহাক্না হায়রকই, "সত্যকাম, মশীং থিহনা য়েংউ, ঐখোয় হৌজিক মশীং লিশিং অমা কারবনি। ঐখোয়দু গুরুগী য়ুমদা হৌইহনা পুয়ো।"

সত্যকামনা মশীং থিহনা য়েংবদা ষণ লিশিং অমা হেল্লম্লে।

মতম অসিদা ষণ লাবগী শক্তম কৌরিবা মুশিংনা অমুক হায়রকই. "সত্যকাম, নঙোন্দা ব্রহ্মজ্ঞানগী মরমদা পাউতাক খরা পীজিংই।"

অসি তাবদা অচম্বা ষণ লাবা নত্তে খঙলহন্না সত্যকাম্না নোঙ্লুক্না হায়রকই, "থৌজালবিহুনা তাকপিয়ু প্রভু।"

মতম অসিদা ষণ লাবা অহুনা হায়রকই, "নোংপোক, নোংচুপ, মখা অমস্তুং অৱাং—মাইকৈ মরি অসিবু ব্রহ্মগী শরুক মরিনি হায়না খঙগদবনি। অস্তুম্না ব্রহ্মবু নিংজরবদি দেবলোক জয় তৌবা ঙমগনি। হৌরম অসিদা মৈনস্তু নঙোন্দা পাউতাক পীরগনি।"

থংনবা নুমিৎতা সত্যকাম ষণশিংহু হোইহনা গুরুগী য়ুমদা ঢুং। সন্ধ্যা ওইশিল্লকপদা মহাক্না গুরুগী শঙ্গোলদা ষণশিংহু পুন্দুনা থমখ্রে। অহুগা মহাক্না যজ্ঞগী শীং থাগৎলগা মৈদা ওনশিন্দুনা ফমথখ্রে। মতম অহুদা মৈ কৌবা লাইনা মঙোন্দা হায়রকই, "সত্যকাম, ঐ নঙোন্দা ব্রহ্মগী মরমদা পাউতাক খরা পীগে। মালেন, শুনতরং, অতিয়া অমস্তুং সমুদ্র— মখোয় অসি ব্রহ্মগী শরুক মরিনি। ব্রহ্মবু অস্তুম্না নিংজরবদি মীরম্লেন্দা জয় ওইগনি। হৌরম অসিদা ঙানুনা নঙোন্দা পাউতাক খরস্তু পীরগনি।"

মথংগী অয়ুক্তা সত্যকাম্না ষণ ময়াম অহু পুহনা লেনবা চংলি। নুমিদাংৱাইরমদা মহাক্না ষণশিংহু গুরুগী য়ুমদা হোইগৎলক্লে। ষণশিংহু মফম চানা পুনশিল্লগা মহাক্না যজ্ঞগী শীং মৈ থাগৎলক্লে।

মতম অহুদা নুমিৎ কৌবা লাইনা ঙানুগী শক্তম লৌহনা মফম অহুদা পাইরক্লে। অহুগা মহাক্না হায়রকই, "সত্যকাম, ঐ ব্রহ্মগী মরমদা অথুপ্পা পাউতাক খরা পীগে মুম্না তাও। মৈ, নুমিৎ, থা অমস্তুং নোংথাং— মরি অসি ব্রহ্মগী শরুক মরিনি খঙগদবনি।

অসুম্মা ব্রহ্মবু নিংজবা মখোয় অহুনা লাইরম্লেন্দা থাগী লৈবাক অমম্তুং মুমিংকী লৈবাক অয় তৌবা ঙমই। হীরম অসিদা মদগুনস্তু নঙোন্দা পাউত্তাক খরগা পীরখিগনি।"

অসি হায়রম্লগা ডাম্নু পাইখ্রে।

মথংগী নুমিংত্তা যগ শেল্লুবা হল্লকপগা সত্যকাম্না মহৌশাগী মতৌগুম যঙ্গী মৈ হোগংলি।

মতম অহুদা মদগু কৌবা ঈশিংদা লৈবা উচেক অমা পাইরক্লে। মহাক্না হায়রকই, "সত্যকাম, ব্রহ্মগী মরমদা পাউত্তাক খরা পীগে তাও। খরায়, মিং, মাকোং অমম্তুং পুক্লিং—মরি অসি ব্রহ্মগী শরুক মরি'নি। অসুম্মা নিংজবা মহাক অহু লাইরম্লেন্দা জয় ওই।"

অসি হায়রম্লগা মদগুগী শরুম লৌরিবা ঈশিং লাইরেম্বা পাইখ্রে।

সত কাম অসুম্মা ব্রহ্ম জ্ঞান ফংজহুনা মাগী হকচাংদা নিংথিরবা মঙাল ফাওরক্লে।

মথংগী শুমিংত্তা যগ ময়াম অহু শেল্লুরগা সত্যকাম গুরুগী য়ুমদা হল্লক্লে। মহাকপু উবমক্তদা হরিক্রু-ত ইঙক-ঙকখ্রে। মহাক্না সত্যকামদা হায়রকই."সত্যকাম, নঙগী হকচাংদা ব্রহ্মতেজ ফাওরে। করম্বা মশক্না নঙোন্দা পাউত্তাক পীবগে—শেংনা হায়য়ু।"

মতম অহুদা সত্যকাম্না নোল্লুক্না হায়রকই, "প্রভু' ঐ গুরু থাদোকচদে। অতোপ্পা কনাগুম্বা মী অমত্তগীসু ঐ পাউত্তাক ফংজদে। ঐঙোন্দা পাউত্তাক পীবিথিবা মখোয় অহু কনাসু তাইবং মী নত্তে। গুরুদেবগী মফমদগী ঐ অশেংবা ব্রহ্মজ্ঞান ফংজগনিংই—পাউত্তাক পীরিয়ু।"

অসি তাবদা হরিদ্রুমতনা পেল্লহনবা সত্যকামদা ব্রহ্মগী মরমদা পাউতাক পীরক্লে। সত্যকামনা হায়না ফংখ্রবা জ্ঞান পুম্নমক অদু অমুক হন্না গুরুগী মকথদগী ফংজরে। সত্যকাম মতমগী মতুং ইন্না অথোইবা ব্রহ্মজ্ঞানী অমা ওইখি।

## জনক নিংথৌগী সভাদা যাজ্ঞবল্ক্য

জনক বিদেহ লৈবাকী নিংথৌনি। মহাক গুপ্নগী নিংথৌ ওইবগীদমক যুগ অদুদা কাওথিবা নত্তে, মতম অদুগী ব্রহ্মবিদ ওইনস্থ কাওখি। মরম অদুমক্তনা মহাকপু মীনা রাজর্ষি হায়না খঙৈ। মতম অদুদগী অচৌ-অথোবা পণ্ডিত, মুনি অমস্থং ঋষিশিংনা জনক নিংথৌগা শাস্ত্র নৈনব্রবদি মথোয়গী বিদ্যা বুদ্ধি মপুং ফারোই খল্লরম্মী। মরম অদুনা মুমিং খুদিংগী অথোইবা জ্ঞানী ওইবা মীওই কয়া কয়া জনকী রাজসভাদা তীলে।

নোংমা জনক নিংথৌনা অচৌবা যজ্ঞ অমা তৌরম্মী। যজ্ঞ অদু চাউবগী মতিক দক্ষিণাস্থ চাউনা তৌই, অদুনা যজ্ঞ অদুগী মমিং 'বহু দক্ষিণ' যজ্ঞ কৌই। যজ্ঞ অদুদা নিমন্ত্রণ ফংদুনা

লাক্লিবশিংহ্ কুরু, পাঞ্চাল অমস্তুং বিদেহ লৈবাকী অথোই-অথোইবা পণ্ডিত অমস্তুং মুনি-ঋষিশিংনি।

যজ্ঞ অসু লোইশিল্লক্লবা মতম অহুদা জনক নিংথৌগী থম্মোয়দা অশুকপ' ৱাথল অমা পোক্লক্লে। মহাক্না খল্লকই, ঐগী যজ্ঞ সভাদা ব্রহ্মবিদ অস্তুক য়াম্না তীল্লে, মখোয়গী মরক্তা কনানো খ্বাইদগী অথোইবনো হায়বদি খঙবা ঙমদে।

অহুবু খঙনিংই হায়হুনস্তু পাক হেক হংবা য়াবা ৱাফম নত্তে। মরম অহুনা জনক নিংথৌনা অশুকপা থৌওং অমা শিল্লক্লে। মহাক্না মনাইশিংবু নোয়-পেল্লবা ষণবী লিশিং অমা থন্দোকহল্লে। অহুগা ষণবীশিং অহুগী মচীশিংহু সনানা ষিংথিনা য়োম্বশিলহল্লে। ষণশিংহুগী মচী উবদা সনা অয়োম্বনি খঙবা ঙমদ্রে, সনাগী মচীমক্নি চিংনৈ। যজ্ঞশালা অহুগী ময়াদা লৈরিবা লম্মাংদা ষণবীশিংহু পুনশিন্দুনা থম্লে। অস্তুম্না তৌরবা মতুংদা সভাদা তীল্লিবা মুনি-ঋষিশিংগী মফমদা জনক নিংথৌনা মথুৎ লোম্নহুনা হায়রকই, "সভা অসিদা তীনবিরিবা পুম্নমক বেদবিদ অমদি ব্রহ্মবিদ ওাক্তনি। তীনবিরিবা ময়ামগী মরক্তা কনানা অথোইবনো—ঐ খঙজদে, মহুবু বিচার তৌবস্তু ঐগী ইতিক নচ্চদে। ময়াম মরক্তগী খ্বাইদগী অথোইবা ব্রহ্মবিদ, ব্রহ্মিষ্ঠ ওইবা মহাপুরুষ অহুনা সনাগী মচী হৌবা ষণবীশিংসি লৌবিহুনা ঐনা নিংজরিবসি থুংহনবিয়ু।"

জনক নিংথৌগী ৱা তাবদা সভা অহুদা তীল্লিবা মুনি ঋষি পুম্নমক তুম্মিন তুম্মিন লৈগ্রে। কনামস্তু ৱা মচেৎ অমত্তা ঙাংদে, ময়াম পুম্নমক মরু লুক্তুনা লৈগ্রে। ময়াম্না মপুক-মপুক্লিংদা খক্লি,

অথোইবা ব্রহ্মিষ্ঠ অস্তুক য়াম্না তীল্লিবা সভা অসিদা কনানা অথোইবনি হায়বা ওমগদগে! অদুগা জনকী মথৌমা করি লৈদুনা অন্নুয়া হায়রিবা!

ময়াম পুন্নমক তুম্মিন লৈ—শোর ফাওবা কপ্না হোন্নখিদ্রে। ময়াম্না মরু লুক্না খন্নরি—কনা হৌগৎলক্কদগে।

যজ্ঞ-সভাগী মচি অমদা ঋষি যাজ্ঞবল্ক্য ফম্নি। মহাক তপ্পা হৌগৎলক্লে। সভাদা তীল্লিবা খুদিংমক্না লৈদুনা য়েং লৈ—রাং-চাউবা, সনা অহিংবগী কুচুনা লৈতেংবা মাইথোং ঈংলবা, মকোক্তা জটা তাবা, মঙাল লৈবা ব্রাহ্মণ অমনা মাগী শিষ্য সামশ্রবদা য়াথং পীরি, "সামশ্রব, যণ অংমাম শিংশিং অমা অসি ঐগী আশ্রম তাম্না হোইদুনা পুদ্রো।"

সভাদা তীল্লিবা মী খুদিংমক খঙক-ওক্লম্ব্রে। করি থোক্লবা খঙ-হৈদুনা অস্তুক য়াম্লবা ব্রহ্মবিদ ব্রাহ্মণশিংগী মমুংদা যাজ্ঞবল্ক্যনা মশাবু খ্বাইদগী অথোইবনি হায়রিবা!

ময়াম্না খোঙেল অমত্তদা লাওরকই, 'যাজ্ঞবল্ক্য! নহাক্না ঐখোয় খ্বাইদগী অথোইবা ব্রহ্মিষ্ঠনি হায়দুনা নশানা লৌজরিবরা?"

যাজ্ঞবল্ক্যনা মখুৎ লোন্নরা ময়াম্বু খুরুমদুনা হায়রকই, "ব্রহ্মিষ্ঠগী চরণদা য়ম্না য়ম্না খুরুমজরি।"

জনক নিংথৌগী পুরোহিতকী মমিং অশ্বল কৌই। মহাক নিংথৌগী পুরোহিতনি হায়দুনা য়াম্না চাউথোকচৈ। মহাক্না খল্লম্মী, তশেংনমক যণবীশিংসি মাগী যঙোলদা ওয়া হোইজিলখ্রগদবনি। অদুবু যাজ্ঞবল্ক্যগী শিষ্য সামশ্রবনা যণবীশিংদুবু পুল্লিবা থৌরি

খোকপা হৌরকপা উৱদা মহাক খাংবা অমুক ঙম্লক্রে। মহাক্না ময়াম মাংদা হৌগৎলগা যাজ্ঞবল্ক্যদা ওনশিন্দুনা হায়রকই, "করিনো যাজ্ঞবল্ক্য, নহাকমক্না পুম্নমক্কী অখোইবা ব্রহ্মবিদ !

যাজ্ঞবল্ক্যনা ঈংনা তপ্না নোল্লুকপা খোঙেলনা হায়রকই, "ব্রহ্মিষ্ঠগী চরণদা ঐনা হন্না হন্না খুৰুমজরি। ষণবীগী দৰকার লৈহনা ঐনা সামশ্রবদা ঐগী আশ্রম তাম্না হোইখো হায়রবনি।"

ব্রাহ্মণশিং অহুগী মনুংদা যাজ্ঞবল্ক্যনা খ্বাইদগী তপ্লি, ঈংই। ষণবীশিং অহু মতিক চাবা মীশকী মখুত্তা তারে হায়না জনক্না মপুক্নিংদা খল্লকই।

অহুবু অশ্বলদি যাজ্ঞবল্ক্যগী পাউখুম অহুদা পেন্দে। মহাক্না সভা মৰাংদা যাজ্ঞবল্ক্যবু ঈকাঃবা পীনিংবগী ৱাখলনা লমজিংহনা পাউখুম পীবা ঙম্লোইদবা অহুগুম্বা অক্রবা ৱাহং কয়া মথং মথং হংলকই। অহুবু অঙকপনি, ঈশ্বরগী নোংদম্না যজ্ঞবল্ক্যনা ৱাহং পুম্নমক্কী পাউখুম পীরকই। মবু ঈকাইবা পীনবা হোৎনক্রবদা মশাদা তেংবাল্লহনা মমাই ফিরুপ খুম্না অশ্বল ফমক্রে।

অশ্বল মাইথীখিবা উবদা ব্রাহ্মণশিংহনা যাজ্ঞবল্ক্যবু অমুক হেন্না শাউরক্রে। আর্তভাগ ঋষি হৌগৎলক্রে। আর্তভাগকী ৱাহং তাবদা যাজ্ঞবল্ক্যনা হৰাওহনা হায়রকই, "সভা অসিগী মনুংদদি ৱাহং অসিগী পাউখুম নহাক খঙবা ঙম্লোই! লাও, ঐগী তুং ইল্লকউ।"

অসি হায়হনা আর্তভাগপু অচিকপা মকমদা পুৰগা তপ্না ঈংনা মাগী ৱাহং অহুগী পাউখুম মহাক্না শুগায়না তাকপিরে।

আর্তভাগ ঈংথক্রে— হন্দক্তি ভুজ্যু ঋষি হৌগংলকই। ভুজ্যু ঋষি গন্ধর্ব্বলোক্তগী মীওইবনা থঙঙমত্রবা অহুগুম্বা জ্ঞান ফংলক্লবনি। মহাক্না যাজ্ঞবল্ক্যনা থঙঙমত্রবা হীরম অহুদা ৱাহং হংলকই। অহুবু মহাক্না মকালাম্না অচুম্বা পাউখুম পীরক্লে।

অহুগী মতুংদা উষস্ত ঋষি অমস্তুং কহোল ঋষিনা ৱাহং মথং মথং হংলকপদস্তু যাজ্ঞবল্ক্যনা ঈংমা ফিংগংপা লৈতনা অচুম অচুম্বা পাউখুম পীরক্লে।

ব্রাহ্মণ-সভা অহুগী মনু'দগী গার্গী কৌবী নুপী অমা হৌগংলক্লে। মতম অহুদদি নুপীশিংস্তু নুপাগী মতৌগুম জ্ঞান অমস্তুং বিদ্যাগী অধিকার লৈ। মখোয় অয়াম্বনা বেদগী মন্ত্র ফাওদা রচনা তৌরম্মী।

সভা অহুদা তীল্লিবা মী পুন্নমক ঙকপগা লোয়ননা গার্গীনা যাজ্ঞবল্ক্যদা ৱাহং হংবহু য়েংলি। গার্গীনা ৱাহং অমগী মথংদা ৱাহং অমা মথং মথং হংলকই, অহুগা ৱাহং খুদিংমক্তা পাউখুম যাজ্ঞবল্ক্যনা পীরমকই। অহুবু মমৈথংনদি গার্গীনা বেদগী মপাল থোকপা ৱাহং অমা থোক হেক হংলক্লে। মতম অহুদা যাজ্ঞবল্ক্যনা মঙোন্দা হায়রকই,"চেকশিল্লু গার্গী! অহুগুম্বা ৱাহং অহু অমুক হংলক্কনু— নহাক বেদগী নিয়ম কায়রে, অরেম্বদা নঙক কেন্দুনা তোকচগনি।"

কীরক্লহুনা অমুক ৱাহং হংবা তৌদনা ভুম্মিন্না ফমহুনা লৈগ্রে।

হন্দক অরুণ ঋষিগী মচানুপা উদ্দালক হৌগংলক্লে। মহাক্না য়ায়না লুবা পাউখুম পীঙম্নরোইদবা অহুগুম্বা ৱাহং অমা হংলগা হায়রকই,"যাজ্ঞবল্ক্য, করিগুম্বা নহাক্না ৱাহং অসিগী পাউখুম পীবা

চেংব্রবদি ব্রহ্মিষ্ঠগী ষণ হুন্নানবগী মন্নালনা নহাক্কী নংক অহু শোয়দনা কেনগনি।"

অহুবু যাজ্ঞবল্ক্যগী মংক কেন্দ্রে। উদ্দালক্কা খংলন্নোই হায়না খন্দুনা হংলক্লিবা হীরম অহু মহাকস্তু য়াম্না মুন্না খংই। সভাদা তৌল্লিবা মী খুদিংমক অহু চংক্লনা তাখি. যাজ্ঞবল্ক্যনা তপ্না ঈংনা অমস্তুং য়াম্না ংগায়না উদ্দালকী ৱাহং অহুগী পাউখুম মন্নিক চুন্না পীন্নকই।

উদ্দালক তুম্মিন লৈখ্রে, অহুগা অতোপ্পা কনাস্তু হৌগংতুনা ৱাহং হংবা ংম্লদ্রে। অহুবু গার্গীদি মশান্না মাইথিন্নে হায়বা মশানা ম্নানিংদ্রি। যাজ্ঞবল্ক্যবু কীবদগী মহাক তুম্মিন লৈগ্রবস্তু তশেংনা মপুক্লিং ওনবদি নংত্রি। মহাক্কা মপুক্লিংদা ৱাহং কন্নি হংলবদি যাজ্ঞবল্ক্যনা পাউখুম পীবা ংম্লোইদগে হায়বা খন্দুনা য়েংলি। উদ্দালক মাইথীখিবা উবদা মহাক্না অমুক হৌগংলগা হায়ন্নকই, "ঐনা যাজ্ঞবল্ক্যদা ৱাহং অনিক্কা হংখিগনি। কন্নিগুম্বা ৱাহং অনি অহুগী অচুম্বা পাউখুম পীবা ংম্বা থোক্লবদি সভা অসিদা তৌল্লিবা কনানস্তু যাজ্ঞবল্ক্যবু মাইথীবা পীবা ংম্লন্নোই হায়বা খংলগনি।"

সভ হুদা তৌল্লিবা ব্রাহ্মণ কনাস্তু মংক হাইগংপা ংমখিদ্রে। মখোয়গী ৱাহং-পুক্কৈদা ৱাহং অমা ফাওবা লেমহৌদ্রম'লে।

অসিগুম্বা তাঙ্গা অসিদা গার্গী হৌগংলকপা উবদা ময়াম্না মপুক্লিং থৌগংতুনা হায়ন্নকই, "মুংঙাইন্নে গার্গী, ঐখোয়না মাইথুন্নবা মতমসিদা নহাককুম্বী নুপীনা যাজ্ঞবল্ক্যবু মাইথীবা পীগনি

হায়রুনা চোংথোরকপসি উবদা ঐখোয়না নহ,কপু থাগৎভবা ওমদে। নহাক্না হংনিংবা য়াহং অতু হংলো।"

গার্গীনা হংবা অহানবা য়াহং অতু তাবদা ব্রাহ্মণ ময়াম অহ ইওক-ওকখ্রে। ময়াম্না থল্লি, অসিগুম্না য়াহং অসিগী পাউখুম যাজ্ঞবল্ক্যনা করিগুম্বদস্তু পীবা ওয়োই। অদুবু অওকপনি। যাজ্ঞবল্ক্যনা



য়াম্না লায়না অরায়বা লোন্দা ময়াম পুংমক খঙনবা পাউখুম পীরক্লে। মতু তাবদা গার্গীনা মপুক্কিংগী থাজবা থংহন-হন্থ্রে। মহাক্ন নোঙ্লুকপগা লোয়নন্না যাঞবল্ক্যবু ঈকাই-খুম্নবা উৎলকই, অদুবু অহুম ওইনমক মহাক্না অনিগুবা য়াহং হংদনদি তোক্লে।

য'জ্ঞবল্ক্যনা গার্গীগী অনিশুবা ৱাহং অদুগী পাউখুম পীরে, অদুগীশু মথক্তা মঙোন্দা অতোপ-অতে'প্পা পাউখাক কয়'শু পীরকই।

গার্গী ঈংথরে। অদুগী তু'দা যাজ্ঞবল্ক্যগী চরণদা হন্না হন্না খুরুম্নগা সভা অদুদা তৌল্লিবা ব্রাহ্মণশিংদা মহাক্না হায়রকই, "পুম্না তৌনিংঙাই ওইরবা ব্রাহ্মণ পুম্নমক তাবিয়ু। সভা অসিদা তৌল্লিবা পুম্নমক্কী যাজ্ঞবল্ক্যনা অখোইবা ব্রহ্মিষ্ঠনি। মহাকপু অমুক কনানশু মাইথীবা পীবা ঙম্লোই। ময়'মগী য়াইফনবা অখোইবা ব্রহ্মবিদ মহাকপু খুরুম্বিয়ু।"

সভা অদুদা তৌল্লিবা পুম্নমক্কী যাজ্ঞবল্ক্যনা অখোইবা ব্রহ্মিষ্ঠনি অমসুং মাগী হেক ঙমথংদনা গার্গীনি হায়বা অশেংবা প্রমাণ ফংলে। অদুবু অদুক মরেক শেংলবা প্রমাণ অদুবু যজ্ঞ-সভাদা তৌল্লিবা ব্রাহ্মণশিং অদুনা খাজবা ঙমদ্রি। মরম অদুনা ব্রাহ্মণ অমা অমুক হৌগংলক্রে—মহাক শকল ঋষিগী মচানুপা বিদগ্ধনি। মহাক মতিক মগুণ য়াম্না লৈবা ঋষিনি।

বিদগ্ধনা য়াম্না ইচং খোম্না যাজ্ঞবল্ক্যদা ৱাহং মথং মথং হংলকই, যাজ্ঞবল্ক্যনা ৱাহংশিং অদুগী পাউখুম পীরকই। অদুবু বিদগ্ধগী খোঙহ-উশিংতবা মতৌ অদু উবদা যাজ্ঞবল্ক্য মুনি হাইকেং শাউরকই। হংগদবা ৱাহং লোইরদুনা বিদগ্ধ তুম্মিন্না ফমথরে। মতম অদুদা যাজ্ঞবল্ক্যনা মঙোন্দা ৱাহং অমা হংলকই অমসুং মদুগা লোয়ননা হায়রকই, "করিগুম্বা ৱাহং অসিগী পাউখুম পীবা ঙমদবা খোক্লবদি নহাক্কী নঙক শোয়দনা কেনগনি।"

বিদগ্ধ য'জ্ঞবল্ক্যগী ৱাহং অদুগী পাউখুম খঙলমদ্রে— মহাক ভুম্মিন্না মথাই ওাংনা কমদুমা লৈ। যাজ্ঞবল্ক্যগী শাপ্না বিদগ্ধগী মঙক কেনখ্রে।

মতম অদুদা যাজ্ঞবল্ক্যনা সভাদা তৌ.ল্লিব. ব্রাহ্মণশিংদা হেংদুনা হায়রকই, "কনাগুম্বনা নত্রগা ময়াম্না ঐঙোন্দা ৱাহং হংবিনিংবা লৈরবদি হংবিয়ু। অদু নত্রগনা ঐনা ময়ামগী মফমদা ৱাহং খন্না হংজগে।"

বিদগ্ধগী ওইখিবা ফিভম অদু উবদা অতৈ কনানম্বু যাজ্ঞবল্ক্যদা ৱাহং হংনিংবগী থৌনা পোকখিদ্রে। মখোয় পূন্নমক ভুম্মিন্না মরু লুক্না যাজ্ঞবল্ক্যনা আথাইবা ব্রহ্মিষ্ঠনি হায়বা য়াখ্রে। ময়াম ভুম্মিন ভুম্মিন লৈবদু উবদা যাজ্ঞবল্ক্যনা ময়ামদা ৱাহং অমথক হংলকই।

ৱাহং অদুগী পাউখুম পীবদি লায়রদুনা কনাম্বু শোয় ফাওবা কন্না হোয়খিদ্রে। যজ্ঞসভা অদু ইচিক চিকখ্রে। মরম অদুনা চিংনবা লৈতনা যাজ্ঞবল্ক্যনা সভাদা তৌল্লিবা বেদবিদ অমসুং ব্রহ্মবিদ শিংদগী অখোইবনি হায়বা অয়েপ্পা প্রমাণ ওইরে। জনক নিংথৌম্বু অশেংবা ব্রহ্মিষ্ঠ ফংজরদুনা হরাওজরে।

যাজ্ঞবল্ক্যগী শিষ্য সামশ্রবনা হরাও-মখোই কানা মচী সনা ভো'প্পা যণবী লিশিং অদু গুরুগী শঙ্গাই তাম্না হোইদুনা পুখ্রে।

# অরুণিনা ব্রহ্মবিদ্যা যংবা

মতম অমদা গৌতম শাগৈদ অরুণি কৌবা ঋষি অমা লৈরম্মি। মাগী মচানুপ শ্বেতকেতু কৌবা অমা লৈ। মপানা বেদ খঙজ-হৈজবা পূম্নমক মচাদা তম্বিহনা শ্বেতকেতুসু মপাগী মতৌগুম বেদবিদ ওইরক্লে। য়াম্না নহা ওইনা অস্থুম্না বেদ শাস্ত্র নিংথিনা হৈবদগী শ্বেতকেতুগী থম্মোয়দা খোইদোক্লা নাপল কারক্লে। মহাক্লা খল্লকই, মীরৈবাক্তা চৎলগা অখোইবা জ্ঞানী-শিংগা তর্ক তৌনহনা বিচার ভৌহনা মখোয়বু মাইথীবা পীহনা ঐগী ইতিক-ইগুণ শন্দোকে। অসি খন্দুনা শ্বেতকেতুনা অহানব-মক্তদা পঞ্চাল লৈবাক তম্না খোঙশাল্লক্লে। মতম অতুদা মখল মথা অয়াম্বা বিদ্যা নৈনবগীদমক পঞ্চাল লৈবাক অতু খোইদোক্লা মমিং চৎলম্মী। মতুনা মরম ওইহনা শ্বেতকেতু ইহান-হান্না পঞ্চালদা থুংলরে।

মতম অহুদা জীবন নিংথৌগী মচানুপা প্রবাহণনা পঞ্চাল লৈবাক্কী নিংথৌ ওইরি। মাগী রাজসভাদা জ্ঞান লৈবা অখোইবা মীওই কয়া কয়া তৌল্লি। শ্বেতকেতুনা খল্লম্মী, প্রবাহন নিংথৌ অমম্মং রাজ-সভাদা তৌল্লম্বা পণ্ডিত পুম্নমকপু মাইথীবা পীরম্লগা অতোপ্পা লৈবাক্তা চংকে। অসি খন্দুনা মহাক অতৈদা অমুক হৈক্দোকলুবা তৌদনা প্রবাহন নিংথৌগী রাজসভাদা অতুম লাক্লে।

অরুণি ঋষিগী মচানুপা শ্বেতকেতু বেদবিদ্য হৈহনা অখোই-নাপল কারে হায়বা পাউ অসি প্রবাহন নিংথৌনা হাম্না তাগ্রবনি।

হৌজিক শ্বেতকেতুবু মাগী ৱাজ-সভাদা চংলক্‌পা উবদা নিংথৌনা খল্লকই, শ্বেতকেতু বিদ্যা কয়া চংখোম্না হৈবগে হায়বা ঙসি চাং য়েংলগে।

মরম অদুনা শ্বেতকেতু ৱাজ সভাদা চংলকপমক্তদা মহাকপু মতিক চানা ঈকাই-খুম্নবা উৎলগা হ লকই, "ঋষিকুমার। নহাক অপোকপা নপা ইবুংঙোগী মকমদগী বিদ্যা 'পুম্বা তম্লব্রা?"

নিংথৌগী ৱাহং অসি তাবদা ঋষিকুমার হাইকেং নিংহম্রে, শাউগ্নু শাউরকই। অদুবু পুম্নমক অদু থম্মোয়দ ফুমজিন্দুনা থম্লগা ঙম্লিবমখে ঈংথনা নোল্লুক্লা মহাক্না হায়রকই, "হোয় মহারাজ! ঐবু পোকপা ইপা-ইবুংঙোনা ঐঙোন্দা হৈরম পুম্নমকী মতিক চানা পাউতাক পীবিরে।"

ঋষিকুমারগী ৱা তাবদা নিংথৌনা মপুক্লিংদা নেক্লকই। অদুগী মতুংদা প্রবাহন নিংথৌনা পোকপ শিবা অসিনচিংবা হ ৱমদা ৱাহং মঙাখক মথং মথং শ্বেতকেতুদা হংলকই। শ্বেতকেতুনা মপাগী মকমদগী বেদ বিদ্যাদনি তমখিবা, অদুনা ব্রহ্মবিদ্যা দ করিমত্তা হৈদে। অদুবু অদুম ওইনমক মাগী থম্মোয়দদি মপা লৈতনা হৈরে হায়না নাপল তৌরিবনি।

নিংথৌগী ৱাহং অমম্ম তাবা খুদিংগী শ্বেতকেতু মকোক নোম্থরক্লে। মহাক্না য়াম্না ঈকাই-হঙোইনা হায়রকই, "ঐ মসিগী পাউখুম খঙদে।"

মাইথীববা শ্বেতকেতু ঈকাইদুনা মক্ল লুকখদুনা লৈপ্রে। অদুক নাপল তৌনা লাকপনি, অদুবু নিংথৌগী ৱাহং অমত্তগীসু পাউখুম

পীবা ঙমদ্রে। শ্বেতকেতুনা অস্মুম্না ৱাহং অমত্তগীস্মু পাউখুম পীবা ঙম্রোই হায়রবা প্রবাহণ নিংথৌস্মু থাজরমদে। অদুনা মহাক্না ঙক্লা হায়রকই, "বিদ্যা অসি পুথুনা দিগ্বিজয় তৌবা লেংবিরিবরা ঋষি-কুমার? ঐগী ৱাহং অমত্তগীস্মু পাউখুম পীবা ঙম্বিদ্রে। অদুবু ঋষিকুমারদি বিদ্যা য়াম্না হৈ হায়না তারক্লমতম কুইরে। হৌরম পুম্নমা মুনা খঙদনা অদোম্মু মতৌ করম্না বিদ্যা মথল খুদিংমক মপা নৈতবা হৈ হায়গদগে?"

নিংথৌগী ৱা অসি তাবদা মখলেম খুদক্তা নৈরক লাওনা চংশল্লুনা মহুদা তাদুনা শিরবদি ঈকাইবা নঙলিবা অসিদগী নপ্পে কপা য়াগনি হায়না শ্বেতকেতুনা খল্লকই। রাজসভা চোম্না তৌল্লিবা ময়াম মখাংদা অস্মুম্না মাইথীবা ফংদুনা ঈকাইনা, ৱানা, মপুক্লিং লাংতক্লনা শ্বেতকেতু রাজসভা থাদোক্লুনা চংখ্রে।

শ্বেতকেতু তপ্না তপ্না মপুমদা হল্লক্লে। ঈকাইবনা মহাক শোর খিংগদৌরা। মপাগী মনাক্তা চংশিল্লগা শ্বেতকেতুনা থোদোক পুম্নমক তম্লে। মতৌ করম্না ক্ষত্রিয় নিংথৌ প্রবহণনা ৱাহং মঙাখক হংলকখি—অদুবু শ্বেতকেতুনা ৱাহং অমত্তগীস্মু পাউখুম পীবা ঙমখিদে। সভা চোম্না তৌল্লিবা মীয়াম মমদ মকক নিংথৌগী করেম্নবা ৱাহৈ তুম্মিন্না তাবা ঙাখি—শাইন মাইথীবা ফংদুনা রাজসভা থাদোক্লুনা লাকপা তাখি। থোদোক পুম্নমক মরিক চুম্না তম্লগা শ্বেতকেতুনা হায়রকই, "পাবুংনা ঐঙোন্দা বিদ্যা পুম্নমক তম্বিরবনি, অদুদা ঐনা নিংথৌগী করিগুম্বা ৱাহং অমত্তগীস্মু পাউখুম পীবা ঙমদ্রিবসিবু করিগীনো?"

অরুণিনা মচানুপাগী মচিন্দগী ৱাহং পুয়ুক তারে। অদুগা মহাক্না হায়রকই, "নুপামচ, নঙগী নৱাল করিস্থু লৈতে। নিংথৌনা নঙোন্দা হংলক্লিবা ৱাহংশিং অদুগী পাউখুম ঐ অমত্তসু খঙদে। অদুগা ঐনা খঙদবা মরম্না নঙোন্দসু তাকপিখিদবনি।"

অসি তারবদা মপানা মহাকপু নমথাক তৌদে হায়বা শ্বেত-কেতুনা খঙলে। মরম অসিনা মহাক মপুক্লিং খরা ঈংথরে, অদুবু আরুণিগী থম্মোয়গী শান্তিদি মাংখ্রে। মহাক্না খঙলে—মহাকসু ব্রহ্মবিদ্যা হৈতবা য়াদে, অদুগা মহু প্রবাহণ নিংথৌগী মফমদগী তমগদবনি। ব্রাহ্মণ ওইরবসু ক্ষত্রিয়গী মফমদা মহক শিষ্য ওইবা তাই। মসিদা থম্মোয়দা খজিক্কং অমকপা লৈবা থোক্লবদি ব্রহ্মবিদ্যা হৈবা য়ারোই।

অসুম্না ইন্দ্রিয়বু খুদুম চনশিল্লদুনা আরুণি ঋষি ব্রহ্মবিদ্যা হৈনিংবা ৱাখলনা লমজিংদুনা প্রবাহণ নিংথৌগী রাজসভাদা থুংলরে। নিংথৌনা রাজসভাদা ঋষি চংলকপা উবদা য়াম্না ঈকাই-খুম্নবগা লোয়ননা হৌনবী সেবা তৌই।

থ'নবা মুখিংকী অয়ুক্লি। প্রবাহণ নিংথৌনা আরুণি ঋষিদা হায়রকই, "ভগবান, মী ওইবনা য়াম্না পাম্বা মশক নাইবা পোৎ করি পাম্বিবগে ঐঙোন্দা তাকপিয়ু। মহু ঐগী শক্তিগী মনুংদা লৈবা ওইরবদি পোয়দনা কচ্চগে।"

মীনা পাম্বা পোৎ কংলগা করি কান্নগনি? ঋষিনা পাম্লিবদি মৈনা চাকপা ওয়রোইদবা, ঈশিংনসু চামথোকপা য়াররোইদবা অদুগুম্বা লন অদুম্বুনি। হায়রিবা লন অসিদি অতোপ্পদা পীথোক-

পীথোকখ্রগ। ময়েং তারকপদি লায়রহৃমা থোইনহৃম হেমগংলিবনি। ব্রহ্মবিদ্যা হৈনিংবনা আরুণি ঋষি মপুক্কিং লাংতক্লরি—অপানবা পোংপু মহাক্না মীহৌরুদা লৈতে। অহৃমা মহাক্না হায়রকই, "মীওইবনা পাম্নরিবা অপানবা পোং অহৃ মহারাজগী ওইমা অহৃম রস্য ঐগী অপাম্বদি অতোপ্পা অমা লৈ।"



(প্রবাহণ নিংথৌনা আরুণিদা ঈকাই-খুম্নবা উংলকই)

অসি তাবদা নিংথৌ ইঙক-ঙকখ্রে। মহাক্না হায়রকই, "মহৃ করিনো শেংনা তাকপিয়ু ভগবান?"

মতম অদুদা আরুণিনা হায়রকই. "মহারাজ, নহাক্না ঐগী ইচানুপা শ্বেতকেতুদা হংবিখিবা পুংসম হায়রবদি ব্রহ্মবিদ্যা অদু ঐঙোন্দা দান তৌবিরো।"

ঋষিগী ৱা তাবদা প্রবাহণ নিংথৌ হায়রক্কং খঙ্গানৈ। মরমদি মতম অমুক কুইবসি অশেংবা বিদ্যা অসি নিংথৌশিংতনা খঙনরক্লিবনি; ব্রাহ্মণশিংনা খঙনরিবসি বেদবিদ্যা কাওবতনি, ব্রহ্মবিদ্যাদি মখোয় কনাসু হৈদে। নিংথৌ মশামক্না ব্রাহ্মণগী মফমদা অপাম্বা পোৎ পীগে হায়দে.কপ্রে, পোৎ অদুদগী মহুংতা মংষিনা ব্রহ্মবিদ্যা তম্বিয়ু হায়রক্লিবনি। অদুনা ব্রাহ্মণগী অ নংবাস করিগুম্বা থুংহন্দবা থোক্লবদি নিংথৌগী ৱাশক কায়গদৌরিবনি। মসি কাওবা ক্ষত্রিয়গী অশেংবা মরল ওইনা লৈরক্লিবা ব্রহ্মবিদ্যা তৌদুনা ব্রাহ্মণশিংসু খঙনপ্রগনি—অসুম্না নিংথৌদা কয়া খল্লকই। ক্ষত্রিয়গী লন অদুবু নিংথৌনা ব্রাহ্মণদা পীথোক্লিংদে। অদুবু হায়দোকপ্রবা ৱা তাক্লবগীদমক আরুণিবু মনিং থুংহন্দনা থাদোবা ঙম্বা য়াদে। অদুনা নিংথৌনা মঙোন্দা হায়রকই, "মংষিনা ঐগী শিষ্য ওইদুনা মফম অসিদা মতম কুইনা লৈবিগদবনি। অদু ওইরবদি ব্রাহ্মণ

কনানা খঙদ্রিবা ব্রহ্মবিদ্যা খঙবা ঙম্মিগনি।"

ঋষি মদুগীদমক শেম-শাদুনা লাক্লবনি মহাক্না চাওথোকচবা পুম্বা থাদোক্তুনা মপূক্লিং চংনা নোল্লুকপগা লোয়নননা নিংথৌগী মফমদগী ব্রহ্মবিদ্যা তম্লে। ক্ষত্রিয়গী ঙরোনবা বিদ্যা মতৌ অসুম্না অহানবা ব্রাহ্মণসু হৈখি।

# যাজ্ঞবল্ক্য অমসুং মৈত্রেয়ী

মমাংঙৈদা ঐখোয়গী লৈবাক ভারতবর্ষ অসিদা যাজ্ঞবল্ক্য কৌবা ব্রহ্মর্ষি অমা লৈরম্মী। মতম অদুগী ঋষিশিংগী মরক্তা যাজ্ঞবল্ক্য খোইদোক হেন্দোকপা অমনি! মহাক মুপী অনি লোল্লি—মুপী



অহল অদুগী মমিং মৈত্রেয়ী অমসুং অতোনবীগীনা কাত্যায়নী কৌই। মুপী অনি অসিগী মরক্তা মৈত্রেয়ীনা ঈশ্বরদা শ্রদ্ধা ভক্তি লৈবা হেল্লি, মহাক শাস্ত্র কয়া চংখোম্না হৈ। মপুরোইবা যাজ্ঞ-বল্ক্যগী মতৌগুম মহাকন্দু লাইনিংচুনা অয়াম্বা মতম লেংল্লি।

ইমুং-মম্নুংগী থবক ইওথাং গু-নোম্নবস্থ মচুদগী অহাং-অহাংবা মতমদা মহাক মপুরোইবগা মীওইবনা খংগুমত্রবা ব্রহ্মবিদ্যাগী মরমদা খন্ন-নৈনচুনা লৈ। যাজ্ঞবল্ক্যগী নুপী অতোনবী অচুদি য়ুম্বানবগী থবক্তা থোইদোক্না থন্নায় লুপ্লি—মপুরোইবগী সেবাতনা ঈশ্বরগী অশেংবা সেবানি খল্লি। করিগুম্বা মতমদচু মহাক্না করিগুম্বা শাস্ত্র অমত্তা নৈনকবা লৈতে। অচুগা মহাক্তি মৈত্রেয়ীগী মতৌগুম করিগুম্বদস্থ ব্রহ্মজ্ঞানদা লুপ্তে। য়ুম্বানবগী থবক্তা মহাক মপুক্লিং লুপশিন্দুনা মপুন্সি লেপ্লি।

যজ্ঞবাল্ক্যগী জ্ঞান অমস্থং পণ্ডিত ওইবগী ফাওবা অচু মাগী আশ্রমচুগী মম্নুংদদা নৈশিন্দুনা লৈতে, লৈবাক শিন্না শন্দোকপ্রবনি। অচুগা মরম অচুনা লৈবাক কয়াদগী শিষ্য কয়া অমস্থং ছাত্র কয়া মাগী আশ্রমদা মহৈ তম্নবগীদমক পুন্নরিবনি। ব্রহ্মবিদ্যা তম্বগী অচুক খুদোংচাবা মকম মতম অচুদা অতৈ কদায়দস্থ লৈরমদে। লৈবাকী জ্ঞান লৈবা, গুণ চেনবা মীওইশিংনা যাজ্ঞবল্ক্যগী আশ্রমবু অথোইবা তীর্থস্থানি হায়না খনৈ। যজ্ঞবল্ক্যগী শিষ্য অমস্থং ছাত্রশিং গুরুগী সেবা তৌচুনা, যগ শেন্দুনা, যজ্ঞগী পীং খিচুনা অমস্থং ব্রহ্মবিদ্যা তমচুনা মতম লেপ্লিবনি। অথোইবা ব্রহ্মিষ্ঠ ওইরবা যাজ্ঞবল্ক্যস্থ য়ুম্বানবগী ধর্ম্ম ভাক্না ব্রহ্মবিদ্যা তাকপি-তম্বিচুনা জ্ঞান তানশিল্লি।

মতৌ অস্থুম্না য়ুম্বানবগী ধর্ম্ম ভাক্না যাজ্ঞবল্ক্য মপুন্সি লেপ্লি। অচুবু শাস্ত্রগী চংনবী মতুং ইনা মীওইবা খুদিংমক পুন্সিগী অরোইবা শরুক্তা হায়বদি অহল ওইরক্লবা মতমদা উমংদা চংলগা

লাইনিংগদবনি—অদুবু অখোইবা ব্রহ্মবিদ ওইরবদু যাজ্ঞবল্ক্য অমুক অহল ওইরবা কাওবা য়ুম্বানবগী কল্লবা মায়া ককথৎপা ঙমদ্রি। মহুনা মাগী কিদফিংঙাই ওইরবা পুন্সিদা অমকপা অমা ওইহল্লি। অম্মুয়া বয়া থল্লুবদা নোংমা মহাক সংসারগী মথক্তা শাউরক্লে। মহাক্লা অম্মুয়া মপুক্লিংদা লেপ্লে অকবা থবক্তা অমুক পন্থবা চুমদ্রে। হৌজিক সংসার মায়া থাদোক্লুবা উমংদা লাইনিংবা চৎলগনি। অদুবু মহু হায়হুনম্মু তাইবং-মায়াগী থৌরিবু থংথৎ হেক থদংপদি য়াদে। মাগী আশ্রম লৈরি, মহু য়েংশিন-খোংচিন্নবা করিনো থয়া হান্না শিল্লমগদবনি। অদুগীদ্মু মথক্তা মহাক্তি মুপী অনি লোল্লিবনিদো—মখোয় অদুগী চান-থকুবা, শেংন-ইন্নবা মসি পুন্নমক হান্নবা শিল্লমদবা য়াবা নত্তে। খোই-দোক হেন্দোক্লা চিংনরিবদি যাজ্ঞবল্ক্যনা য়ুম থাদোক্লুনা উমংদা লাইনিংবা চংগ্রবা মতম অদুদা সতী অনি অদু থংন-চৈনবা য়াই। মরমদি লোনবী হায়বা অসি মহৌশানা ঐগী ঐগী হায়বা বাথলনা হেনজিন্দুনা থংনগল্লি, মুংশিনশন্দে। অদুগা পুন্সিগী লোইনবী ওইরিবী মখোয়না য়াত্রবদি সংসার ধর্ম্ম থাদোক্লবদু উমংদা লাই-নিংবগী মহৈ মপুংকানা কংলোই। মরম অসিনা যাজ্ঞবল্ক্য ঋষিনা মৈত্রেয়ী কাত্যায়নীবু মনাক্লা কৌশিল্লগা মপুক্লিংগী য়া অদু তপ্পা তপ্পা তম্নকই। মহাক্লা মখোয়দা থঙহল্লে মহুদি, হৌজিক অমুক মহাক য়ুমপানবগী ধর্ম্ম ঙাক্লুনা লৈবা চুমদ্রে, অদুনা উমংদা লাইনিংবা চৎলগনি। অদুগা মহাক্লা হায়রকই, "নখোয়না মপুক্লিং শেংনা য়াববদি ঐ উমংদা লাইনিংবা চৎপদা অকায়বা লৈবোই।

নখোয় অনি হেক পোকমিন্নবা নচিন-ননাওশুম নুংশিনবা চান্ন-চিন্ননা হন্নাও হন্নাও থৎনব-চৈনবা লৈতনা ঈংনা আশ্রম অসিদা লৈগদবনি।"

মপুন্নোইবগী ৱা অসি তাবদা মখোয় কনাম্তু য়ানিংদবা তৌদ্রে। মখোয় ঋষিগী নুপীনি, মরম অদুনা মপুন্নোইবনা অফবা থবক্তা খোঁঙদাবদা অপনবা ওইগদবা করিমত্তা থোকহন্নিংদে। অদুনা মখোয় ভুম্মিন্না লৈ।

যাজ্ঞবল্ক্যনা হন্নাওদুনা হায়রকই, "অদু ওইন্নবদি হৌজিক আশ্রমগী সম্পত্তি পূম্নমক অসি নখোয় অনিদা চপ মান্ননা য়েন্থোক-পিরন্নগে। কনাম্না খঙগনি, করিগুম্বা মরম অমদগী ঐহাক চৎথোকগ্রবা মতমদা নখোয় অনি পুক্নিং তিন্নরক্তবসু য়াই।"

মপুন্নোইবনা যুম্বানবগী ধর্ম্ম থংদোক্তুনা লমদম তাম্ন। উমংদা লাইনিংবা চৎগ্রগনি হায়বা তাবদ. ঈশ্বরদা ভক্ত লৈরবী মৈত্রেয়ীগী য়ানিংদবা করিসু লৈতে। অদুবু সম্পত্তিনা মরম ওইদুনা সত্তী অনি অদু নুংশিনরম্বা পূম্নমক মাংথিদুনা থৎনব-চেনবা থোকপা য়াই হায়বা মপুন্নোইবগী ৱা অদু মহাক থাংবা ঙমদে। মমল লাইত্রবা, মাংব-তাবা লৈত্রবা অথোইবা পোৎশক ব্রহ্মজ্ঞান ফংজ-রবা মহাক অদুনা ইচম-চম্বা লন-থুম, লৌ-ইঙ্খোলনচিংবা সম্পত্তি থরগীদমক পোকমিন্নবগুম পুকচেল-খোইজেল তীন্ননা লোইনন্নিবী লোম্নবীগা থৎনগনি হায়বা ৱাসি তাদুনা ভুম্মিন্না লৈাকপা ঙম্ফম থোক্তে। অদুবু মচিল কনবী নুপীগী মতৌশুম য়ৌ য়ৌ ঙাংদে, ঈংনা-তপ্নবা খোজেলনা মপুন্নোইবগী মকমদা মৈত্রেয়ীনা হলেকই,

"ভগবান, লমা থল্লবা পৃথিবী অপুম্বা অসি ঐগী ওইরিবদি মহুদা ঐ মুংঙাইগদ্রা ? মহুদা ঐহাক অমাং-অতা লৈত্রবা লন ফংবা ঙমগদ্রা ?"

অখোইবা জ্ঞানী যাজ্ঞবল্ক্যনা পাউখুম পীরম্মী, "অহুবু কয়ম্না ওইবা য়াগদগে ? সম্পত্তি চাউনা লৈরবদি নহাক্কী পুন্সি ঈনাক-খুন'শিংগী পুন্সিগী পাংথক ওইগনি। মিংনা উবা ফংবা মপালগী সম্প'ত্ত অহুদগীম্বু কৱিগুম্বদস্ত অমাং-অতা লৈত্রবা অমৃতত্ত্বু ফংবদি ওইথোক্তে।"

মপুয়োইবগী য়া অসি তাবদা মৈত্রেয়ীগী সংসারগী চৎনাওবা অমম্বুং মু'ঙাইবা য়াথল'পুম্বা যাংখ্রে। সংসার-মায়ানা মহাকপু ঙমহৎতুনা থম্বা অমুক ঙমদ্রে। মহাক্না থল্লকই, সম্পত্তি লৈরগা যাংবা মাইত্রবা লন ফংবগী আশা লৈত্রবা অহু ওইরবদি অহুগুম্বা সম্পত্তি অহু ফংলগা কৈদৌনি! অম্মুম্না মাগী থম্মোয়দা মওল মওল কয়া থল্লকই। মহাক্না য়াম্না থঙনিংনা, মপুক্কিং চংনা মপুয়োইবগী মফমদা হায়রকই, "ভগবান, যাংবা তাবা লৈত্রবা লন অহু ফংলোইদবা লৈরবদি সম্পত্তি লৌক্লগা ঐ কৈদৌনি! তোল্লবা মুপীগী মপোক্তা পোক্লবী ননাইবু পুন্সি লমথাংদা লম্মুক্লদনবা অচুম্বা লম্বী মশক তাকপিয়ু। অমৃত চেনবা পাউত্তাক পীবিয়ু—ইবুংঙোনা ফংবিরিবা অমৃত অহু তোল্লবী ননাই ঐহোন্দম্বু মরিক থরদা থিকপিয়ু।"

অসি হায়রগুনা মহাক্না মপুয়োইবগী খুয়াথাদা খুরুম্মী।

ব্রহ্মবাদিনী মৈত্রেয়ীগী য়া তাবদা যাজ্ঞবল্ক্য মপুক্কিং পেল্লে;

মাগী থৰোমদা মুংঙাই-ঈথক হৌরক্লে। মৈত্রেয়ী ভপোংনমক মাগী লোয়নবী ওইবদা মতিক চাম্বী মুপীনি হায়বা মহাক্না থজলে। মহাক্না মতম অহুদা ভপ্না তপ্না থুপ্না লৈরিবা অমৃত চেন্নবা লম অহুগী জ্ঞান মৈত্রেয়ীদা হাপ্পিরক্লে। মপুক্তিং অনি লোংদনা মৈত্রেয়ী পাউতাকী শেংলবা ঈচেল অহু থকপা কংজখি। অস্তুমা মৈত্রেয়ী মুপীগী মপোক্তা পোক্লবস্নু মপুম্নোইবা যাজ্ঞবল্ক্যগী মকমদগী ব্রহ্মবিদ্যা মপুংফানা কংহুনা পুন্সি মহৈ ম্নামখি।

# লাই-হিংচাবগী ব্রহ্মজ্ঞান

মতম অমদা প্রজাপতি ব্রহ্মানা হায়রম্মী, "পাপ্না চংবা ঙমদবা, অহল ওইবা নাইদবা, শিবা নাইদবা, অৱাবা লৈতবা, অয়াম-খৌয়াংবা পোকপা লৈতবা, অচুম্বা ভৌবা অমসুং অচুম্বা ৱাশক চেৎপা অহুঙম্বা আত্মা অহুবু থিগদবনি। অহুগা আত্মা অহুবু থজনবা য়াম্না পুক্নিং চংনা হোৎনবা চুম্মী। শাস্ত্র অমসুং অথঙ-অহৈগী মকমদগী আত্মা অহুবু মশক মুম্না থজলগা মহুদা ভাক্লিবা মতৌ অহুম্না মশাবু থোইদোকপা মতংদা পুক্নিং শীকশিনবা ঙম্নবা মহাক অহুনা নিংজবা পুম্নমক ফংই।"

প্রজাপতিগী পাউতাক অহু দেবলোক শিন-থুংনা শন্দোরক্লে। দৈত্যলোকসু পাউতাক অহু শন্দোরকই। লাই-হিংচাবা পুম্নমক্না

খঙনরে, আত্মা অহুবু মশক খঙবা ঙম্মবা হায়বদি আত্মজ্ঞান কংলবা অহু ওইরবদি অখোইবা দুংঙাইবা কংবা ঙমগনি। অহুনা লাইরাম্না তীন্নহুনা খন্নরকই, আত্মা অহু থিবা ঙম্নবদি লাই ঐখোয় পূম্নমকী অনিবা পূম্নমক থুংগনি। অহুনা মহুবু খঙমনবা হোৎনদবা য়াদে।

লাইরাম্না অন্মুম্না কয়া খম-নৈনরে। অহুবু আত্মাজ্ঞান তম্বা প্রজাপতি ব্রহ্মাগী মনাক্তা চৎনবা কনাম্নু, ইচংথৌনা চোং-থোকপদি ঙম্মে। মমৈথংদা কনা কুইনা নৈনয়বা ভুংদা দেবরাজ ইন্দ্রবু প্রজাপতিগী মনাক্তা থারসি হায়না লেপ্লরে।

অহুগী ভুংদা লাইরাম পূম্নমক ইন্দ্রগী মনাক্তা লাক্লে। লাইরাম লাকপা উবদা ইন্দ্রনা মখোয়বু তরাম তরাম কৌশিল্লি। মখোয়বু কমহল্লবা মভুংদা ইন্দ্রনা মখোয় লাকপগী মরম হংলকই, "ঙসি ইখঙ-খঙহৌদনা লাইরাম্না ঐগী নাক্তা লেংবিরক্লিবা অসিবু করিগীনো তাকপিয়ু?"

অসি তাবদা লাইরাম্না হায়রকই, "মহারাজ, প্রজাপতি ব্রহ্মানা অন্মুম্না পাউজাক পীরকই মহুদি, পাপ্না চংবা ঙমদবা, অহল ওইবা নাইদবা, শিবা নাইদবা, অরাবা লৈতবা, অয়াম-থৌরাংবা পোকপা লৈতবা, অচুম্বদা তৌবা অমম্তুং অচুম্বা বাশক চেৎপা অহংঙম্বা আত্মা অহুবু থিগদবনি। অহুগা আত্মা অহু খঙননবা মায়া পূক্লিং চংনা হোৎনবা চুম্মী। শাস্ত্র অমম্তুং অখঙ-অহৈগী মকখদগী আত্মা অহুবু মশক মুংনা খঙলগা মহুদা তাক্লিবা মতৌ অহুম্না মহুবু থোইদোকপা মওংদা পূক্লিং লাকশিনবা ঙম্মবা

মহাক অহনা নিংজবা পুম্নমক থুংই। ব্রহ্মাগী মকমদা চংজরুরবদি আত্মা অসি মশক খঙবা ঙমগনি নিংই, অতৈ কনাগী মকমদগীসু মহু খঙবা ওইখে'রে। করিগুম্বা প্রজাপতিগী থৌজাল ফংলবদি আত্মজ্ঞান ফংহনা লাই ঐখোয়গী শক্তি হেনগৎকনি। মরম অসিনা প্রজাপতিগী মনাক্তা আত্মজ্ঞান তম্বা মহারাজ লেংবিয়ো।"

লাইরামগী ৱা মুম্না তারগা ইন্দ্রনা হায়রকই: "লাইর'ম্না ঐঙোন্দা আত্মজ্ঞান তমন্নুনগী থৌদাং শিন্নবিবা অসিদা ঐ হরাওনা য়াজরে। ঐ হৌজিকমক প্রজাপতিগী আশ্রমদা চৎলগনি।"

অসি তাবদা মরাম পুম্নমক হরাওরে। মহুগী মতুংদা মখোয় ইন্দ্রগী মকমদগী বিদায় লৌরগা হনখ্রে।

লাইরাম চৎখ্রবা মতুংদা ইন্দ্র প্রজাপতিগী মনাক্তা চৎননবা শেম-শাবা হৌরক্লে। নিংথৌগী মণি-মুক্তা থাম্নবা ফিজেৎ হোং-দোকুনা সন্ন্যাসকী ফিজেৎনা ইন্দ্রগী হকচাংদ' লৈতেংখ্রে। দেৱর'জ ইন্দ্র মতৌ অম্নুম্না সন্ন্যাস লৌহনা লাইরাম পুম্নমক্কী য়াইকনবগী-দমক আত্মজ্ঞান তম্নবা প্রজাপতিগী আশ্রম তম্ন' খোংশানখ্রে।

ইন্দ্র প্রজাপতিগী আশ্রমদা থুংলরে।

অসোমদা হিংচাবশিং ভোগকী মুংঙাইবদা তাওহনা থোই-দোক্না থোনা য়াম্না লৈরে। মখোয়না খল্লি, আত্মজ্ঞান ফংলগা অনিংবা পুম্নমক থুংগদবা লৈরবা অহু ওইরবদি মখোয়দি করিগী মহু ফংনমবা হোৎনরোইদগে? অম্নুম্না খন্দুনা মখোয়না মখোয়গী নিংথৌরেন বিরোচনবু আত্মজ্ঞান তমন্নুনবগীদমক প্রজাপতিগী মনাক্তা থারসি হায়না লেপ্পরে। মখোয়না লেপ্পরিবা ৱাফম অহু

নিংথৌগী মর্ক্তদা হুকংলরে। প্রজাগী চাইকনবা থল্লিবা বিরোচন নিংথৌনা প্রজাগী ৱাকং অহু হয়াওনা যারে। মহাকি খুদক অহু-মক্তদা প্রজাপতিগী মনাক্তা চংনবা শেম-শারক্লে। মহাকস্থু ইন্দ্রগী মতৌগুম নিংথৌগী ফিজেং লৈতেং থাদোক্তুনা সন্ন্যাস লৌরে।

হিংচাবা নিংথৌ বিরোচন অস্থুম্না সন্ন্যাস লৌহনা আত্মজ্ঞান কংনবগীদমক প্রজাপতিগী আশ্রম তম্না লাক্লে।

ইন্দ্র অমস্থুং বিরোচন মথোয় অনিমক কনাগী থোইনশিন য়াওদনা যজ্ঞগী পীং কোকথোং অমমম পুহনা প্রজাপতিগী আশ্রমদা থুংলরে! প্রজাপতিনা মযুমদা ইন্দ্র অমস্থুং বিরোচন পাক্লি হায়বগী করিমত্তা থৌশাদে। মথোয় লাকপগী মরমদা করিমত্তা হংদে, মহাক তুম্মিন্না অহুম লৈ। ইন্দ্র অমস্থুং বিরোচনস্থু মঙোন্দা করিমত্তা হায়দে।

মতৌ অস্থুম্না মথোয় অনিমক প্রজাপতিগী আশ্রমদা লৈয়রে অমস্থুং শিষ্যগী মতৌগুম মথোয়না ব্রহ্মাগী সেবা তৌখি।

হিংচাবগা লাইগা মহৌশানা য়েংথিনৈ। হিংচাবা কয়ানা ইন্দ্রগী সিংহাসন মুমনবা কয়া কয়া লান শোক্লখি। অহুবু য়েক্লবা অনি ওসিদগী হৌনা মতম কক্তনা গুরু অমতগী আশ্রমদা লৈমিন্নবা তাখি। ইন্দ্র অমস্থুং বিরোচন মাগী মাগী শিঙ্গা পাংথোক্লবা ৱাথলনা থম্মোয় থুঙ্গংখিবনয়া করিনো য়েক্লবা উমবগী খুংশিনদবা কোংদোক্লবা মঙং করিমত্তা উদে।

মথোয় অনিনা প্রজাপতিগী য়ুমদা ব্রহ্মচার্য্য চংতুনা লৈরক্লিবসি

চহি কুহ্যানিথোই মপুং ফাৱে। ইন্দ্র অমসুং বিরোচন পুন্না লৈমিন্নৈ। মখোয় অনিগী মরক্তা পোকপদগী য়েক্লবা ওইরক্লবসু আত্মজ্ঞান ফংনিংবগী লিচিং অমত্তনা মখোয় অনিবু চেংন্না পুনথিবা মরম্না মহৌশাগী ৱা পুন্নমক কাওথোক্লদুনা চানবা মরুপ ওইনা লৈমিন্নরিবনি।

মতম অদুদা নোংমা ব্রহ্মানা মখোয় অনিবু মনাক্তা কৌশিল্লগা হংলকই, "নখোয় অনিনা এৈগী আশ্রম অসিদা মতম অমুক কুইনা ব্রহ্মচর্য্য চৎতুনা লৈরিবসি করিগীনো?"

শাংলবা চহি কুহ্যানিথোই অসি ইন্দ্র অমসুং বিরোচন। ব্রহ্ম-চর্য্য ঙাক্লুনা গুরুগী য়ুমদা লৈরি। অদুবু মখোয়না ঙসি কাওবা প্রজাপতিগী আশ্রমদা মখোয়না লৈরিবা অদুগী মরম কাওবা গুরুগী মফমদা হায়দে। চহি অমুক কুইনা লৈরবা মতুংদা ঙসি ইথঙ-থঙহোদনা গুরুনা মখোয়দা মখোয় অনিনা আশ্রম অদুদা লৈরবগী মরম হংলকপা অদুদা মখোয় ৱাম্না হন্নাওৱে। মতম অদুদা মখোয়না খল্লকই, মখোয়না মতম কুইনা ঙাইজরকপগী অফবা মহৈ শোয়দনা ফংলগনি—গুরু পেনখিবমাল্লে, হৌজিক্তি গুরুগী থৌজাল ফংলগনি।

অদুগ্না থন্দুনা মখোয় অনিনা প্রজাপতিবু খুরুম্নগা হায়মকই, "ভগবান্না তাকপিখিবা, পাপ্না চংবা ঙমদবা, অহল ওইবা নাইদবা, শিবা নাইদবা, অৱাবা লৈজবা. অরাম থৌন্নাংবা পোকপা লৈজবা, অচুম্বদা তৌবা অমসুং অচুম্বা ৱাশক চেৎপা অদুগুম্বা আত্মা অদু থিগদবনি। অদুগা আত্মা অদুবু থঙননবা ৱাম্না পুক্নিং চংনা

শাস্ত্র অমসুং অখণ্ড-অদ্বৈতগী মকমদগী আত্মা অহুবু মশক মুন্না খঙলগা মহৌদা তাক্লিবা মতৌ অহুন্না মহাকপু খোইদোকপা মওংদা পুক্লিংবা লাকপিনবা ওয়েবা মহাক নিংজবা ভুম্মক থুংই। অদুম্না তাকপিখিবা অহুদা আত্মা অহুবু খঙবিংহুনা ঐখোয় মতম অম্বুক কুইনা ব্রহ্মচর্য্য ঙাক্না ভগবানগী আশ্রমদা লৈজরিবনি।"

প্রজাপতি ব্রহ্মানা খল্লকই, মখোয় চহি কুন্থ্রানিখোই চুপ্পা অসি ঐগী আশ্রমদা ব্রহ্মচর্য্য চৎতুনা লৈরবনিনা মখোয়গী থম্মোয় শোয়দনা শেংলম্লগনি। অসি থন্দুনা মহাক্না মখোয় অনিদা য়াম্না থুপচায়না লৈরিবা আত্মজ্ঞান তাকপিরে। অহুগা মহাক্না ইন্দ্র অমসুং বিরোচন্দা হায়রকই, "ঐগী মিৎতা নখোয়না উরিবা মুপা মহাক অহুমক আত্মানি খঙগদবনি,—আত্মাদি শিবা নাইদে, অকিবা লৈতে।"

ব্রহ্মাগী ৱা অসি তাবদা ইন্দ্র অমসুং বিরোচন মখোয় অনিমক্না খল্লকই, মিংনা য়েংবদদি ঐখোয়গী মি উবা ফংই— অদু ওইরবদি মি অসি আত্মারা?

অসি খন্দুনা মখোয় অনিনা চপ মান্না অমুক্তদা হংলকই, "ভগবান, ঈশিংদা নত্রগা মিংশেল্দা উরিবা মুপা অহু করম্বদা উবনা আত্মানো হায়বা শেংনা তাকপিয়ু?"

মখোয়গী অপঙবা ৱাহং অসি তাবদা মাগী পাউতাক অহু মখোয়না মপুক্লিংদা লৌশিনবা ওমত্রে হায়বা প্রজাপতিনা মুন্না খঙলে। অদুনা মপুক্লিংদা নোক্লিংবা পোক্লদুনা মহাক্না হায়রকই, "মহু প্রমমক অহুদা উরিবা অহু—মহাক আত্মানি।"

প্রজাপতিনা অম্বুম্নদি হায় হায়বনু মপুক্লিংদদি থওলে মহুদি, মতম অম্নুক কুইনা ব্রহ্মচর্য্য চংলক্রবম্নু ইন্দ্র অমস্থং 'বিরোচনগী থম্মোয় শেংদ্রি—অহনা অশেংবা আত্মাবু থগুবা ওমদ্রিবনি, মখোয়না মিবু আত্মানি হায়না লৌরিবনি। মি আত্মা নত্তে। মরমদি আত্মাদি হোংবা নাইদে।



ইন্দ্র অমস্থং বিরোচনদি তশেংনমক্ক মিবু আত্মা ওইনা লৌছুনা মখোয় পূম্নমক থওলে-হৈয়ে হায়না থাক্লকই। মতম শাংনা গুরুগী সেবা তৌজয়কপগী মহৈ ওইনা আত্মজ্ঞান ফংলে হায়না মখোয়না হন্নাওরি।

প্রজাপতিনা তশেংনা তেক্তা মখোয়গী অয়ানবহূ চুমখোক-পিরে; মরমদি মখোয় চহি কুন্থ্রানিথোই অহুক অরাবা থাংনা ব্রহ্মচর্য্য চংতুনা লৈরক্লবা মতুং অসিদা মখোয়না খঙজরিবা অসি পুম্নাল-লাক্লে, অচুম্বা মরিক অমত্তা য়াউত্রে হায়বা খুদক্তা হেক খঙহল্লুবা থোক্লবদি মখোয় শাথীনা নিংবা কায়গনি; মখোয়গী খোনা 'পুম্বা মাংশ্রগনি। অম্মুয়া থম্দুন, অচুম্বা বাকয় অহু পাক হেক হায়দোক্লুনা মখোয়বু নিংবা কায়হনবা ভৌদনা প্রজাপতিনা অ-তাপ্পা মওংদা খঙহন্নবা হোৎনরকই। মহাক্লা ইন্দ্র অমসুং বিরোচন্দ। পাত্র অমদা ঈশিং পিক থম্না শোক্লগা মাগী ননাক্তা পুরকউ হায়না য়াথং পীত্রে।

মখোয় অনিনা প্রজাপতিগী মমাংদা ঈশিং পুশিল্লক্লে।

মতম অহুদা প্রজাপতিনা মখোয় অনিদা হায়রকই, "লুকথ-হুনা ঈশিংদা য়েংউ—করি উবগে?"

মখোয় অনিনা ঈশিংদা লুকথহুনা হেক য়েংবদা মতম কুইনা ব্রহ্মচর্য্য চংলকপনা কক্তবগী হোনবা শম খুজিল য়ায়া শাংলবা মখোয়গী মমি অহু উরে। অহুনা মখোয়না প্রজাপতিদা মথুং লোমহুনা হায়রকই, "ভগবান, ঈশিংদদি শম, খুজিল শাংলবা ঐখোয়গী হকচাং অসিগী মমি উই।"

মতম অহুদা প্রজাপতিনা মশানা মশাগী মরাল খঙজবা তম্নবা মখোয় অনিদা অম্মুয়া হায়রকই, "নখোয়গী শম, খুজিল অশাংবহূ ককথৎলুরো। অহুগা নখোয় নিংথিনা ফিজেৎ-লৈতেংলগা ঐগী নাক্তা অমুক চংলকউ।"

প্রজাপতিগী ৱাথং মতুং ইন্না ইন্দ্র অমসুং বিরোচনা শম খুজিল করথংলুরে। মখোয় প্রজাপতিগী মনাক্তা অমুক লাক্লে। অদুগা য়খোয় অনিনা হায়রকই, "ভগবান, নহাক্না তাকপিবা মতুংইন্না ঐখোয়গী শম, খুজিল ককথংচরে। অদুগা নিংথিনা ফিজেং লৈতেংকরুরে।"

য়খোয়গী ৱা তাবগা প্রজাপতিনা হায়রকই, "হন্দক অমুক ঈশিংদা করি উবগে য়েংউ।"

মতম অদুদা ইন্দ্র অমসুং বিরোচনা হায়রকই, "হন্দক্তি শম খুজিল শাংলবা ঐখোয়গী মি অদু অমুক উত্রে, নিংথিনা লৈতেংলবা ঐখোয়গী মিতমক উই।

তাইহাক তুম্মিন্না লৈরগা প্রজাপতিনা হায়রকই, "মহাক অদুমক আত্মানি।"

ইন্দ্র অমসুং বিরোচনা থজিক্তুং তকথনা মপুক্তিং চংনা থম্বরম্বা থোক্লবদি মিনা আত্মা ওইকম থোক্কে থওলমগদবনি। মরমদি মি তারিবা মহাক অদুগী হোংলকপা শক্তম অদুগা লোয়ননা মিগী মশকসু হোংই। খুদম ওইনা হায়রবদা অঙাং ওইরিঙৈগী মিগা অহল ওইরকপগী মিগা অনি অদু মশক থক মামবা হৌমদে। শম্না হায়রবদা ফিজেৎ হোংবগা লোয়ননা মিগী মশকসু হোংই। অদুগা আত্মাদি অহল ওইবা লৈতে হায়রবদি মগুক হোংবা লৈতে। মরম অদুনা মিনা আত্মা ওইকম্ ওপথোক থোক্কে।

অদুবু ইন্দ্র অমসুং বিরোচন মখোয় অনিমক মশা মশাগী মরম অদু মসা মশানা খঙজবা ঙমদ্রে। মখোয় আত্মজ্ঞান মপুংফানা কংলে খন্দুনা মায়া হৈরাও-তয়ায়া প্রজাপতিগী মকমদগী থিদায় লৌরগা মাগী মাগী মরৈবাক্তা হনখ্রে।

লম্বী চংবা চংনা হিংচাবা নিংথৌ বিরোচননা খল্লকই, প্রজাপতিনা মসি অসিমক আত্মানি হায়না তশেংনা তাকপিরক্লে। মসি হায়বা অসি হকচাংদগীনি, হকচাং লৈত্রবদি, মসি লৈরোই। অদু ওইরবদি হকচাং অসিমক শোয়দনা আত্মা ওইবা তারে।

খনবগা তৌবগা মায়বা বিরোচন নিংথৌনি।

বিরোচন হিংচাবশিংগী লৈবাক্তা লাক্লে। অদুগা মহাক্না মাগী প্রজাশিংদা অস্তুম্না শন্দোকই— "ঐহাক প্রজাপতিগী মকমদগী আত্মজ্ঞান তম্মুদুনা হল্লকবনি। ঐখোয়গী হকচাং অসিমক আত্মানি, মরম অসিনা হকচাং পূজা তৌগদবনি। মদুগনা ইহলোক অমসুং পরলোক অনিমক্তা ঐখোয়গী অনিংবা পূর্ণমক থুংগনি।"

মসিমক হিংচাবশিংগী উপনিষদনি। চাও, থকউ, মুংচাই-থোকউ—মস্র অসিমক হিংচাবশিংনা তয়ে। অদুগা আত্মজ্ঞানবু লায়না লৌবগী মহৈনা মখোয় করিগুম্বা মতমদস্তু অমুক অশেংবা লম কপ্পিস্তু কংবা ঙমদ্রে।

অসোয়দনা দেবরাজ ইন্দ্রনদু বিরোচনগী মতৌগুম মপুক্কিং হৈরাওনা আত্মজ্ঞান কংলে খন্দুনা স্বর্গ তয়া হল্লক্লে। লম্বীদা চংনা চংনা ইন্দ্রনদু খল্লকই, মসি অসিমক আত্মা ওইবা তারে। অস্তুম্না কয়া

খল্লবা ভুংদা মহাক্না অমুক খল্লকই, হোংবা নাইবা মাংবা নাইবা যি অসিনা হোংবা লৈতবা মাংবা লৈতবা আত্মা অহু থক ওইকম থোক্কে। অহু ওইরবদি মিনা আত্মা করম্না ওইগদগে? নত্তে, মিনা করিগুম্বদম্ব আত্মা ওইকম থোক্কে। অহুদি প্রজাপতিগী পাউতাকপু ঐনা খঙদবনা লাম্না লৌবা তারে। ঐগী পুক্কিংগী পল্লেপ্‌কম খঙত্রিবা অসিবু করিগীনো? খঙলে, ঐ আত্মজ্ঞান মরিক অমত্তা কাওবা কংত্রি অহুনা ঐগী পুক্কিং অসি লৈতাত্রিবনি।

অসুম্না দেবরাজ ইন্দ্রগী মপুক্কিংদা চিংনবা করা পোক্লক্লে।

ইন্দ্রদি বিরোচনগুম্বা অচম্বা নত্তে, মহাক্তি লাইমি। হিংচাবা বিরোচন্দগী মহাক্না য়াম্না হেন্না লৌশিং লৈ। অদুনা মপুক্কিংদা চিংনবা পোক্লকপমক্তদা অত্মজ্ঞান কংত্রি হায়রবা মহাক মশানা খঙজবা ঙম্লিবনি।

অমুক যজ্ঞগী শীং মকোক্তা থো'হুনা ইন্দ্রদেব প্রজাপতিগী আশ্রম তাম্না লাক্লে। ইন্দ্র অমুক হল্লকপহু উবদা প্রজাপতিনা হংলকই, "অত্মজ্ঞান কংহুনা নপুক্কিং অদুক মকালায়্না বিদায় লৌহুনা চৎপ্রগা হৌজিক অমুক হল্লক্লিবদি করিগীনো?"

ইন্দ্রনা মপুক্কিংগী চিংনবহু তয়ে। অদুগা মহাক্না নোল্লুক্না প্রজাপতিগী মকমদা আত্মজ্ঞান তাকপিয়ু হায়জরকই।

মাগী নোল্লুকপা মতৌ অহু উবদা পেল্লহুনা প্রজাপতিনা হায়রকই, "করে, মহু ওইরবদি চহি কুহু্‌ানিথোই অমুক্তা ব্রহ্মচর্য্য চঃহুনা মকম অসিদা লৈরো। থম্মোয় খরা অমুক শেংথিসনু— মতম অহুদা আত্মজ্ঞান তম্বিগনি।"

ইন্দ্র আত্মজ্ঞান ফংদনা স্বর্গদা হল্লিংদবা মরম্না চহি কুন্থ্রা-
নিথোই অমুক চাইবা তারি, মতুংগীদমক্তসু মহাক শেম-শারে।
মরম অদুনা প্রজাপতিগী য়াথং মতুং ইন্না ইন্দ্র নিংথৌ শাংলবা
চহি কুন্থ্রানিথোই অমুক প্রজাপতিগী আশ্রমদা গুরুগী সেবা
তৌদুনা লৈরে।

ইন্দ্রনা গুরুগী আশ্রমদা ব্রহ্মচর্য্য চৎতুনা লৈরকপসি চহি
কুন্থ্রানিথোই মপুং ফারে মতম অদুদা ব্রহ্মানা অমুক ইন্দ্রদা
আত্মজ্ঞান তাকপিরে। ইন্দ্র আত্মজ্ঞান ফংলদুনা মপুক্কিং লুংঙায়না
স্বর্গদা হনখ্রে। অদুবু লম্বীদা খঙহৌদনা মাগী থম্মোয়দা চিংনবা
ৱাখল কয় ফাওরক্লে। মতম অদুদা ইন্দ্র মশানা খঙজরে মহাক
হৌজিক ফাওব' আত্মজ্ঞান মপুংফানা ফংবা ঙমদ্রি। মরম অসিনা
মহাক অমুক প্রজাপতিগী আশ্রমদা হল্লক্লে।

চহি কুন্থ্রানিথোই অমুক্তা ব্রহ্মচর্য্য চৎতুনা লৈরবা মতুংদা
গুরুগী মফমদগী আত্মজ্ঞান ফংলদুনা ইন্দ্র স্বর্গতম্না খোঙশানখ্রে।
মতম অদুদা মহাক্না অস্তুম্না অমুক খল্লকই, ঐ হৌজিক ফাওবসু
আত্মজ্ঞান মপুং ফানা ফংদ্রি, অদুনা পুক্লিংগী চিংনবা কোকপা
ঙমদ্রি—মপুংফানা লুংঙাইবা থম্মোয়দা ফাওরক্রি।

ইন্দ্র প্রজাপতিগী মনাক্তা অমুক হল্লক্লে। হন্দক অমুক চহি
মঙা ব্রহ্মচর্য্য চৎতুনা ইন্দ্র গুরুগী ময়ুমদা লৈবা তারে। অস্তুম্না
চহি চা-মা ব্রহ্মচর্য্য চৎতুনা গুরুগী শেংলবা আশ্রমদা লৈরবা
তুংদা ইন্দ্রগী থম্মোয় পুমশেং শেংলে, অমকপা পক্লে। মতম
অদুতদা মহাক্না অশেংবা আত্মজ্ঞান ফংবা ঙমখি। ইন্দ্রগী পুন্সি

মহৈ য়াম্লে—মহাক্না গুরুগী ময়ুমদা মতম য়াম্না ১শা মা লৈদুনা ব্রহ্মচর্য্য চংচবগী অফবা মহৈ ফংজরে। আত্মজ্ঞান ফংবগা লোয়ননা অকি-অথং পোক্রবা অমৃত পুরুষপু মহাক্না লেপ্না ফংজরে।

প্রজাপতিবু খুরুম্নম্নগা ইন্দ্র আত্মজ্ঞান মপুং ফানা ফংদুনা লাইরেবাক্তা হনখ্রে।

## থরায়না জয় ওইবা

খোঞ্জেল, মিৎ, নাকোং, পুক্লিং অমস্তুং থরায়—নখোয়সিগী মতেংনা মীওইবনা পুন্সিগী লানকম কয়াদা মাইপাক্লিবনি। মীওইবদা মখোয় পুম্নমক চংদবা য়াত্রবা ওাক্তনি—অদুবু মখোয়গী মরক্তা কনানা অথোইবনো? মীওইবনা হিংবদা কনানা খ্বাইদগী হেন্না চংদবা য়াদবগে? হায়রম অসিগীদমক মখোয় মশেল য়েংনবা হোৎনরক্লে। মখোয় অমনা অমদগী হেল্লি হায়দুনা মহৈ মহৈ চাও-খোৎক্লে। ঐনা অথোইবনি, ঐনা অথোইবনি হায়দুনা মখোয় মতাঙমক ওন্না চোংথোৎরক্লে। অদুম্না মখোয় মশেল ভারবা অসি তাইশিনবা অমুক য়াত্রে। অদুগা মখোয় মশেল অস্তুম্না য়েংনবনদি কনানা খ্বাইদগী হেন্না মীওইবগী পুন্সিদা চংদবা য়াবগে হায়বা

অশেংবা খঙবা ওমস্রে। মরম অসিনা মখোয় পুম্নমক অচুম্বা বিচার তৌহন্নবগীদমক লৈশেম মপু প্রজাপতিগী মনাক্তা লাক্লে।

প্রজাপতিনা পুম্নমকপু শেম্লিবনি; খোঞ্জেলং মিৎ, মাকোং, পুক্লিং অমস্তুং খরাযস্থু মহাক্লা শেম্বনি। লৈশেম্বা মহাক্তি পুম্নমক্কী মতিক-মগুণ খঙলিবনি। প্রজাপতিনা মখোয় মঙাগী খংনবা অহুগী বিচার তৌবিরবদি মহুতনা অচুম্বা বিচার ওইগনি। অম্বুম্না খম্মূনা থ্বাদগী মতিক চাবা বিচারপতিনি হায়না খল্লিবা প্রজাপতিগী মনাক্তা মখোয় মঙামক লাক্লিবনি।

প্রজাপতিনা য়াম্না মপুক্লিং চংনা মখোয়গী ৱাকৎ অহু তারে। অহুবু মহাক্লা অরায়বা মওংদা মহুগী বিচার তৌরে। মহাক্তি পুম্নমক্কী মপানি, মরম অসিনা মতৌ কয়ম্না মহাক্লা কনাবু অচৌবনি অহুগা কমাবুনা মচানি হায়গদগে? প্রজাপতি মশামক্লা মখোয়গী মরক্তগী কনানা অচৌবনো হায়বহু পাক হেক হায়নিংদহুনা মখোয় মশানা অহুম খঙজবা ওম্নবগীদমক অম্বুম্না হায়রকই, "থ্বাইদগী হেম্না হকচাংগা মিৎকুপ খরদং কাওবা শেৎন-থানবা য়াদবা মহাক অহুনা নখোয় মঙাগী মরক্তগী অখোইবনি।"

ৱা অসি তংবদা মখোয় মঙা হরাওনা হল্লক্লে। মতম অহুদা খোঞ্জেলনা হরাও-মখোই কানা চোংলকই। মহাক্লা অম্বুম্না খল্লকই, হকচাং থাদোক্তুনা মহাক চৎপ্রবদি কনাম্বু ৱা ঙাংবা খোক্লরোই, অহুনা লমচিংবা তানশিনবম্বু ওইখোক্লারোই—মরম অসিনা মহাক্লা থ্বাইদগী অখোইবনি। অসি খম্মূনা মহাক্লা নাপল তৌনা হায়রকই, "করে, ঐখোয় অমমম মথং মথং নাইনা চ

অমমম হকচাং থাদোক্তুনা চৎনৱসি, মহু ওইরবদি কনানা অথোই-বনো হায়বহ্ লায়না খঙবা ঙম্লগনি। হৌজিক ঐ হাম্না চৎলগে— ঐ লৈতবদা হকচাংগী থিডম করি ওইখগে য়েংউ।"

মহাক্না হায়রিবহু মিং, নাকোং, পুক্লিং অমম্তুং থরায়না য়ারে।

খোঙ্জেল হকচাং থাদোক্তুনা চৎখ্রে। হকচাং ৱা ঙাংবা থোক্লে, অহুবু মাগী মিং পাল্লিবনা উবা ফংলি, মনাকোংনা তাবা ফংলি, পুক্লিংনা লাকশিনবা ঙম্লি অদুগা থরায়গী মতেংনা হিংহুনা লৈরি।

চহি অমা লৈরবা মতুংদা খোঙ্জেল হল্লক্লে। মহাক্না ময়ামদা হংলকই, "ঐ লৈতবদা নখোয় মতৌ করম্না পুন্সি লেনবগে ?"

মিং, নাকোং, পুক্লিং অমম্তুং থরায় মখোয় মরিনা হায়রকই, "করিগীনো, ম্নংঙাইনা অহুম লৈ। লোম্তোক্তবনা হিংহুনা লৈবা অদুগুম লৈরম্লিবনি।"

খোঙ্জেলনম্তু উরে তশেংনমক মহাক লৈতবদা হকচাংগী করিগুম্বা থোইদোকপা অমাংবা লৈতে। মহাক মশানা মাইথীরে হায়দা য়াহুনা তুম্মিন্না লৈখ্রে।

হন্দক্না মিং হৌগৎলকই। খোঙ্জেলনা মাইথীখিবা উবদা মহাক্না শোয়দনমক মাইপাক্লগনি খন্দুনা হরাওনা হায়রকই, "ফরে, ঐ হৌজিক হকচাং থাদোক্তুনা চৎলগনি। য়েংউ— মতৌ করম্না নখোয় মতম লেনবগে।"

মিং হকচাং থাদোক্তুনা চৎখ্রে। হকচাং মিং তাংলে। অদুবু মহুনা হকচাংদা থোইদোকপা অমাংবা করিবু থোকহনবা ঙমগদগে ? মহাক ৱা ঙাংই, তাবা ফংই, পুক্লিংগী মতেংনা খল্লি।

চহি অমা হৌখ্রে। মিৎনা হন্নকপদা উৱে, হকচাংগী থোই-দোকপা কৰিস্থ অহোংবা লৈরমদে। মিৎনা হংলকই, "ঐ লৈত্তবা মতমদা নখোয় মতৌ করম্না পুন্সি লেনবগে।"

অতৈনা হায়রকই, "মিৎ তাংবণি'না উবা ফংগ্রস্ত শোয় হোন্দুনা পুন্সি লেনবগুম খোঞ্জেলগী মতেংনা ৱা তাংহন্না, নাকোংনা তাহন্না অমস্তং পুক্লিংগী মতেংনা ৱাথল থন্দুনা ঐখোয় হিংলম্লিবনি।"

অসি তাবদা মিৎ ঙকায়রহন্না তুম্মিন্না হকচাংদা লৈংখ্রে। মিৎস্থ মাইথীরে।

মতম অসিদা নাকোংনা থল্লকই, ইন্দ্রিয় মখাগী মঙ্গুংদা অথোইবা হায়ববু ঐনে মিৎনে খোঞ্জলনে ঐখোয় অহুমত্তনি। খোঞ্জেলগা মিৎকা মখোয় অনিমক মাঙ্গীগী ওবনিনা ঐচোন্দগী হেনগদবা অতৈ কনাস্থ লৈত্রে।

অস্থুম্না কয়া থন্দুনা নাকোংনা য়াম্না ফন্না হায়রকই, "খোঞ্জেলগা মিৎকা মাইথীবা ফংলে। হৌজিক ঐ হ য়নখিবা মতুং ইন্না হকচাং থাদোক্লুনা চৎলগনি। মতুদা নখোয়গী ফিভম কৰি ওইবগে য়েংউ।"

অসি হায়রম্লগা মিৎ হকচাং থ দোক্লুনা চৎখ্রে।

চহি অমা হৌখ্রে।

হন্দকস্থ হকচাংগী থোইদোকপা কৰিস্থ অমাংবা থোক্তে। হকচাংগী অৱাংপা হায়ববু নাপংবগী মতৌগুম তাবা ফংদবা অহুত্তনি, অতৈদি থোইদোকপা অকায়বা লৈতে।

চহি অমা কারহুনা নাকোং হল্লক্লে। মহাক্না অতোপ্পা ইন্দ্রিয় মরি অহুদা হংলকই, "ঐ লৈতবা চহি অমা অসি নখোয় মতৌ করম্না লেল্লম্লিবনো ?"

মতম অহুদা খোঙ্জেল. মিং, পুক্লিং অমসুং থরায় মখোয় মরিনা খোঙ্জেল অমত্তদা হায়রকই, "নাপংবশিংগী মতৌগুম চহি অমা লেল্লবনি। খোঙ্জেলগী মতেংনা রা ঙাংই, মিংকী মতেংনা উবা ফংই অমসুং পুক্লিংগী মতেংনা রাখল খনবা ঙম্মী। মরম অসিনা নহাক চংখিবদা কা হেন্না হকচাংগী অমাংবা করিস্ত থোক্কে।"

নাকোং তুম্মিন্না হকচাংদা চংশিন্দুনা লৈখ্রে। অস্তুম্না মহাকস্ত মাইথীরে।

হৌজিক পুক্লিংগী পালি তারে। মহাক নাপল তৌনা চহি অমগীদমক হকচাং থাদোক্লুনা চংখ্রে! অদুবু মহাক লৈরবস্ত হকচাংগী থোইদোকপা খুদোংথীবা মরিস্ত থোক্কে। হকচাং অপিকপা অঙাংগী মতৌগুম রাখল রাওদনা হিংলি।

চহি অমা কারহুনা পুক্লিং হল্লক্লে। মহাক্না মখোয় মরিদা হংলকই, "ঐ লৈতবদা নখোয় করম তৌনা হিংবগে।"

অসি তাবদা মখোয় মরিনা হায়রকই, "অপিকপা অঙাংগুম পুক্লিং রাওদনা হিংলম্লিবনি।"

পুক্লিং মাইথীরে হায়বা মশানা রাজরে। রাম্না ঈকায়না মহাক হকচাংদা চংহুনা লৈখ্রে।

হৌজিক অরোইবদা থরায়গী পালি তারে। মহাক্তি মখোয় মরিগী মতৌগুম চাউথোকচবা হৈতে। মাদি নোল্লুকই, মপুকচেল

তপ্নি, ঈংই। মহাক হকচাং থাদোক্লুনা মিংকুপ অমত্তম্ভু চংথোক্লিংদে। অহুবু হায়নখিবা ৱাকম অমম্পুং প্রজাপতিনা পীখিবা ৱাথং অহু ভাক্লবগীদমক মহাক হকচাং থাদোক্লুনা চংতবা ৱাদে।

থৱায়না হকচাং থাদোক্লুনা চংকদবগী ভৌরকপা খুদক অহুমক্তদা খোঞ্জেল, মিং, নাকোং অমম্পুং পুক্লিং মপাঙ্গল থংশোন-শোন্থৱক্লে। মখোয়না মথৱায় খুবাক্তা হাপতুনা কন্না লাউয়কই; "হে ভগবান, নঙতমা ঐখোয়গী মরক্তগী অখোইবনি। মহাক লৈত্রবদি ঐখোয় মিংকুপ অমত্তম্ভু হিংলৱোই। নহাক হকচাং থাদোক্লুনা চংপিগ্রগম্মু।"

অসি হায়রগা মখোয় মৱিমা থৱায়গী মত্তিক-মগুণ শক-শোঞ্জৱক্লে। মখোয় পুম্নমক্তগী থৱায়না অয় ওইরে হায়বা অৱেপ্পা প্রমাণ কংলে।

# বালাকিগী ব্রহ্মজ্ঞান

মমাংঙৈদা গর্গ শাগৈদা বলাকা কৌবা ঋষি অমা লৈরম্মী। মহাক মচানুপা অমা পোকই। মচানুপা অদুগী মমিং বালাকি কৌই। বালাকা ঋষি অখোইবা ব্রহ্মজ্ঞানী অমনি। মচানুপা বালাকিসু য়াম্না নহা ওইনা শাস্ত্র কয়া হৈদুনা অচৌবা পণ্ডিত ওইরম্মী। অদুবু মহাক্না হৈবা মদুদগী চাংবনা য়াম্না হেল্লি। অদুগা মাগী চাংবা কনবা অদুগী মগুণনা ময়াম্না বালাকি অসি বিদ্যা পুম্বদা মপা লৈতনা হৈরবা পণ্ডিতনি হায়না খনৈ। মাগী মচিন্দগী থাগৎপা রাহে কয়া কয়া তাবদা বালাকিনসু মপুক্লিংদা খল্লি, তশেংনমক মাগুম্বা অচৌবা পণ্ডিত অমমুক লৈত্রে। মাগী থম্মোয়দা য়াম্না শাথীনা নাপল কারে। মাগুম্বা ব্রহ্মজ্ঞানী সংসারা অসিদা অনি শুদ্রে হায়না খন্দুনা মহাক্না চাউথোকচৈ।

মতম অসি কাশীদা অজাতশত্রুনা নিংথৌ ওইদুনা পাল্লি। মহাক চুম্নগী নিংথৌ ওইবদা নত্তে অখোইবা ব্রহ্মজ্ঞানীসু ওঃ। লৈবাক কয়া কয়াদগী পণ্ডিত কয়া কয়া লাক্লুনা মহাকা শাস্ত্রগী মরমদা খন-নৈনরে। অদুতদা পণ্ডিতশিংগী অপেনবা ওইরিবনি।

বালাকি মপুক্লিংদা নাপল য়াম্না কারে। মহাক্না খল্লকই, কাশীগী নিংথৌ অজাতশত্রুদা ঐনা ব্রহ্মজ্ঞান তম্বিগনি।

বালাকি থনবগা থবক্তা মাৈম। মহাক কাশী নিংথৌগী রাজসভাদা থুংলরে। অদুগী মতুংদা মহাক্না য়াম্না চাউথোক্না অজাতশত্রুদা হায়রকই, "মহারাজ; ব্রহ্ম করিনো. হীরম অদিদা ঐ নত্তোন্দা পাউতাক থরা পীগে।"

বালাকিগী মচিন্দগী চাউখোকপা ৱাঙাং অসি তাবদা ব্রহ্মজ্ঞান খঙলবা নিংথৌগী মপুক্রিংদা নোক্লিংবা পোক্লকই। অদুবু মচিন্দদি মতু করিমত্তা কেʼংদোকপা তোদনা মহাক্না ফোংনা হায়রকই, “ঋষিকুমার, নহাক্না ঐঙোন্দা ব্রহ্মজ্ঞান তম্বিগনি তাক্‌পিবা অসিদা ঐ য়াম্না নুংঙাইরে। অস্নুম্না ত কপীবগীদমক ঋষিগী মফমদা ঘগবী লিশিং অমা কংথোকচরগনি। মতম অস্নুক কুইবা অসি জনক নিংথৌতমক অথোইবা দাতানি অমস্নুং মতম পূম্নমক্তা মাগী ৱাজসভা'দা ব্রহ্মবিদ্যা খন্ন-নৈনদুনা লৈ হায়বা খঙনরিবনি। ঙসিদগী হৌনা ঐস্নু দান তৌই, ঐগী সভাদস্নু ব্রহ্মবিদ্য খন্নে-নৈনৈ হায়বা মীনা খঙনরগানি।”

নিংথৌগী ৱা তাবদা বালাকি য়াম্না হরাওরে। মহাক্না হায়রকই. “নুমিৎ অ সদা লৈরিবা নিপা অদুবু ঐন ব্রহ্মানি হায়না ইরাংচৈ।”

বালাকিনা অস্নুম্না হায়রকপগা লোইন-লোইনবা নিংথৌনস্নু হেক হেক হায়রকই, “চুম্মী ঋষিকুমার, ঐহাকস্নু মথোয়বু খুরুম্মী। অদুবু ঐনা খুরুম্লিবাদি মথোয়বু ব্রহ্মানি হায়দুনা নত্তে, মরমদি ব্রহ্ম অতোপ্পা মশক অমনি।”

অসি হায়রগা অজাতশত্রুনা নুমিৎ অমস্নুং থা খুরুম্বগী মহৈ তপ্না তগ্রা হায়রকই। নিংথৌগী ৱা তাবদা বালাকিদি চঙক্লগ্রে। বালাকিনা অতোপ-অতোপ্পা ইরাংনবা মঙং অমদি মশক তাক্লকপা পূম্নমক নিংথৌনা খঙদবা করিমত্তা লৈরমগ্রে। অদুগা নিংথৌনা মরক মরক্তা অস্নুম্না হেক হেক হায়রকই, “মদুদি ব্রহ্ম নত্তে—ব্রহ্মদি অতোপ্পা মশক অমনি।”

বালাকিগী হৈজবা বিদ্যা পুম্নমক লোইরে ! মহাক্না অতোপ্পা লাইনিং লাইঝোল নত্রগা অশেংবা ব্রহ্মগী ৱা হায়বা ঙমত্রে। অদুনা মহাক মমাই ঙাংদুনা তুম্মিন্না ফমদুনা লৈরে।

মতম অদুদা বালাকি য়েংদুনা নিংথৌনা হায়রকই, "ফদায়, ব্রহ্মগী মরমদা করিমত্তা হায়দ্রবদি হৈদৌরে কুমার? মসিনা ঋষিকুমারগী ব্রহ্মবিদ্যা হায়বা অদুবু—কুমারনা হায়খিবা পুম্নমক অদুদদি ব্রহ্মবু খঙনিংঙাই ওইবা করিস্সু য়াওদে।"

বালাকিগী নাপল মচেৎ মচেৎ তারে। অদুবু মহাক্কী থম্মোয়দা শাউনিংবা পোক্তে। মহাক্না খল্লকই, ব্রহ্মজ্ঞানী ওইবা অজাতশত্রুগী মফমদগী আত্মজ্ঞান খঙনবা তমদবা য়াদে। অস্নুম্না খন্দুনা মহাক্না নিংথৌবু গুরু ওইনা লৌদুনা হায়রকই, "ভগবান। নহাক্না করিস্সু খঙজদবা, নাপলনা ইশাবু মশক খঙজবা ঙমত্রবা ঐঙোন্দা অমকপা লৈত্রবা ব্রহ্মজ্ঞানগী শেংলবা পাউতাক পীবিয়ু। ঐহাক মহায়াজগী শিষ্য ওইজরবনি।"

বালাকিগী নোল্লুকপা অমস্নুং বিদ্যা হৈনিংবগী মতৌ অদু উবদা নিংথৌনা পেল্লদুনা হায়রকই, "ফরে, ঐন। খঙজবা পুম্নমক ঋষিকুমারগী মফমদা তাকচরগনি।"

অসি হায়রগা নিংথৌনা হরাওনা বালাকিবু মখুৎ পায়দুনা রাজসভাদগী মপান্দা পুথোকখ্রে। অদুগী মতুংদা মহাক্না তপ্না ঙাংনা বালাকিদা ব্রহ্মজ্ঞানগী মরমদা পাউতাক পীবিরে।

ক্ষত্রিয় নিংথৌ অজাতশত্রুগী মফমদগী ব্রহ্মজ্ঞান ফংজদুনা ঋষিকুমার বালাকি পোকপগী মহৈ য়ানখি।

# উপকোশল

উপকোশল কমল ঋষিগী মচানি। ব্রহ্মবিদ্যা তমুবগীদমক - সত্যকাম জাবালগী শিষ্য ওইনা গুরুগী আশ্রমদা লৈরে। সত্য-কামগী যুমদা অতৈ শিষ্য কয়াসু লৈ – মখোয়গা লোয়ননা উপকোশলসু গুরুগী সেবা তৌই। মহাক্না গুরুগী যজ্ঞ তৌননবা মীং থি, গুরুগী যণ শেল্লি। মহাক গুরুগী সেবাদা মপুক্কিং য়াম্না চংই। মতম কুইনা অসুম্না থবক কয়া তুহনা মহাক গুরুগী আশ্রমদা লৈ। অদুবু সত্যকাম গুরুনা মহাকপু পেনবিবরা হায়বদি খঙবা ঙমদে। মরমদি চহি তরানিথোই হেল্লবা ফাওবদা গুমুম্না মঙোন্দা করিগুম্বা পাউতাক অমত্তসু পীবিদে। অতোপ অতোপ্পা শিষ্যশিংদি বিদ্যা তম্বা লোইশিনখ্রে। অদুনা মখোয় মাগী মাগী যুমদা গুম্না হন্নখ্রে, অদুবু উপকোশলদি করিমত্তা তমদ্রি, অদুনা যুমদা হন্দ্রি।

উপকোশলবু অসুম্না সত্যকাম্না থৌশাবিদবা মওং অদু উবদা সত্যকামগী নুপীগী মপুক্কিং য়াম্না সুংঙাইরক্রে। মরম অসিনা নোংমা মহাক্না মপুরোইবগী মকমদা হায়জরকই, "উপকোশনা মতম অসুক কুইনা যণ শেন্দুনা যজ্ঞগী মীং থিদুনা যজ্ঞগী মীং য়াংদুনা গুরুনা পেনবিনবা কয়া হোৎনজরক্লি। মাগুম্বা লমচং ফজবা গুরু-নিংবা শিষ্য অতাংবনি অদুবু ইবুংঙোনদি মঙোন্দা ঙসি ফাওবা করিমত্তা তাকপি তম্বিদ্রি। এনা চিংনজরিবদি উপকোশলবু ইবুংঙোনা ইথৌ-থৌওইবিদবসি উবদা অগ্নিদেবনা ইবুংঙোবু শাউরক্লুগদ্রা অসিনি। মরম অসিনা ইবুংঙোনা মঙোন্দা পাউতাক পীবিয়ু।"

সত্যকাম্না মপুক্লিংদা করি থল্লিবগে হায়বা অদু মহাক মশাতনা খঙজরিগনি। মাগী মুপীনা হায়জদুনস্থ উপকোশলগী মরিদা সত্যকামগী মপুক্লিংগী রাখল করিগুম্বা অহোংবা অমত্তা পুরবপা ডমদ্রে। মহাক মহৌশাগুম থৌশাদনা অদুম লৈ। মাগী মপুক্লিংগী ফিরেপ অম্মুম্না ওইরম্বা মাই মদুদি, সেবাদা মথরায় লুপ্লবা শিস্যবু পেনবিদুনা লাইয়াম্না মঙোন্দা পাউতাক পীদিগনি; অদুগা যজ্ঞগী শীং শেম্লিবা শিস্যবু ফনা পেনবিদুনস্থ লাইয়াম্না গুরুবু নিন্দামক্তি তৌরোই।

অদুবু সত্যকামগী মপুক্লিংগী রাখল কনানস্থ খঙবা ডমদে। উপকোশলদা করিগুম্বা পাউতাক অমত্তা পীরমদনা সত্যকাম জাবাল অতোপ্পা লম অমদা চৎথোকখ্রে।

উপকোশল মপুক্লিং য়াম্না মুংশিরক্লে। মতম অম্মুক কুইনা মহাক্লা গুরুগী সেবা তৌজরক্লি, নিয়ম কায়দনা যজ্ঞগী শীং শেম্লক্লি, ।ওবদস্থ গুরুনা চানবিদ্রে। চহি তরানিথোই সেবা তৌরবদস্থ গুরুগী থৌজাল ফংবা ডমদ্রে— মাগী পুন্সি অসি করি কাম্নখিগদগে?

মপুক্লিং মুংশিবনা উপকোশল থাংবা ডম্বগী রাংমা লানখ্রে। মহাক্লা মপুক্লিংদা থল্লকই, কান্নদ্রবা হকচাং অসি থমগদবগী শরুক-পুদি চরা হেন্দুনা থরায় থাবনা ফরে। অসি খন্দুনা উপকোশল চাবা-থকপা থাদোক্লুনা চরা হেনবা হৌখ্রে।

হান্নদগী উপকোশলগী অরাবা উবদা সত্যকামগী মুপীগী খন্নোম্নদা মাবু মুংশিবিবগী ঈফুৎ অমা কাওখ্রবনি। মরম অদুম

মহাক্না মপুরোইবগী মকমদা হায়জরম্মী মহুদি, অতোপ্পা লমদা চন্নিক্লৈগী মমাংদা উপকোশলদা পাউতাক পীবিরম্মু। পাউথুম অমত্তা পীবিরমদনা সত্যকাম চৎখ্রে। মাগী মুপীনা খঙলে, গুরুনা থৌশাবিদবা অসিমক্তনা মপুক্নিং মু'শিনক্লুনা উপকোশল চন্না হেনবা হৌখ্রিবনি।

শিষ্যগী অৱাবা উবদা অপোকপী মমাগী মশক ওইরবী গুরুগী মুপীনা ৱাদবা ওমদে। মহাক্না য়াম্না মুংশিখবগা লোয়ননা শিষ্যদা হায়রকই, "ব্রহ্মচারী, মহাক করিমত্তা চার-থক্লখ্রিবদি করিগীনো? লাকও, ভাক চাথোক্লরো।"

অদুবু গুরুগী মুপীনা কনা থেমজিল্লবদসু উপকোশল মপুক্লিং ওখ্রে। গুরুগী থৌজাল ক'দনা হিংগদবগী শক্তকপুদি চন্না হেন্দুনা শিবনা কৈো হায়না মপুক্নিং চপ য়ুংনা লেপখ্রে।

উপকোশলনা নোঙ্মুক্না হায়রকই, "ইমা শক্লবী, ঐদি য়াম্না চন্নবা মীনি— ঐগী থম্মোয়গী পামজবা কয়া লৈরম্মী, মহু অমত্তসু থুংদ্রে। মহুনা ঐগী থম্মোয় অসি অৱাবা ৱাখলতনা ফুম্বংনরে; ঐ চাজররোই। ঐগী অরোইবা অপাম্বা অসিম'ত'দদি থুংহনবিয়ু।"

ঋষিগী মুপী নিংবা কায়না হনখ্রে। উপকোশলসু অদুম্না অদুম লৈহৌরে।

সত্যকামগী যজ্ঞশালাদা মশক নাইবা অগ্নিদেব অহুমথক লৈ। মতম অমুক কুইরবা অসি মথোয়না পুম্নমক অহু উৱক্লিবনি। উপকোশলবু মথোয়না পেনবিখ্রবনি, মরমদি, উপকোশলনা মপুক্নিং চংনা হৌখিবা চহি তরানিথোই অসি শীং থিরক্লিবনি।

হৌজিক মহাক্না চয়া হেনবা হৌরকপসি উৎদা অগ্নিদেব অহুম অহুম্ম্ শুংঙাইতবা পোক্লক্লে। মতম অদুদা মখোল মশেল ৱা তানরকই, তপ তৌরিবা ব্রহ্মচারী অসিনা মতম অশুক কুইবসি মথবায় য়াওনা ঐখোয়গী পেন্নবা কয়া তৌরক্লি। চৎসি ঐখোয়না হেক্তা মঙোন্দা পাউতাক পীবিরুসি।

অস্নুম্না থন্দুনা অগ্নিদেব অহুম অদু উপকোশলগী মমাংদা চোংথোরক্লে। অদুগা মখোয়না মঙোন্দা শন্নপ্না ব্রহ্মবিদ্যা তাকপিরে

অদুবু মদুনা উপকোশলগী চিংনবা কোকহনবা ঙমদ্রে।

মতম অদুদা অগ্নিদেব অহুম অদুনা মশা মশানা পীবিখিবা পাউতাক অদুবু শন্দোক-শন্দোক্না তাকপিরে। অদুগা মরুওইনা মখোয়না উপকোশলদা ৎ'িঃবিদ্যা নিংথিনা তম্বিরে।

অদুগী তুংদা মখোয় অহুম্না হায়রকই,"ঐখোয়না অসি ফাওবা তাকপিরবনি। মসিগী মথাদি নহাক্কী গুরুনা তাকপিগনি।"

অস্নুম্না অগিদেব অহুমগী মকমদগী ব্রহ্মবিদ্যা ফংজরদুনা উপকোশলগী হকচাংদা ব্রহ্মতেজ ফাওরক্লে।

সত্যকাম মাগী আশ্রমদা হল্লক্লে।

সত্যকাম্না উপকোশলগী হকচাংদা ব্রহ্মতেজ ফাওবা উদুনা হায়রকই, "নহাক্কী হকচাংদা ব্রহ্মতেজ ফাওরে। ব্রহ্মজ্ঞানগী মরমদা কনানা নঙোন্দা পাউতাক পীবগে উপকোশল?"

উপকোশলনা অহানবদা অচুম্বা ৱাফম অদু লোৎতুনা থয়বগী-দমক হায়রকই, "গুরু দেবন। আশ্রমদগী লেংথ্রগা কনানবু ঐঙোন্দা পাউতাক পী।বগদগে?

অসি হায়রগা মহাক্না মৈরোমদা লৈহনা য়েংলকই। মৈরি কর-কর হাইরক্লে। করিগুম্বা মতমদস্থ যজ্ঞগী মৈ মস্মুম্না থক হাইখিদ্রি। মহু উবদা কিরক্লহনা উপকোশলনা মথুং মৈরোমদা থিন্দুনা মঙোন্দা পাউতাক পীবিখিবা মশক ঈঙ্গিতনা তাক্লকই অহুগা মহাক্না হায়রকই, "মংহৌশ.দি মৈশিংসি ৱাম্না মঙাল লৈ, অহবু ঙসিদি গুরুদেবনা হল্লকপা অসিদা কিহনা নিকপগুম .কর কর হাইরি।"

উপকোশলগী ৱা তাবদা সত্যকাম মপুক্লিং পেনখ্রে। মরমদি মহাক মশামক্না পাপ্রিসস্থ মৈশিংনা পেনবিহনা মশামক্না উপ-কোলদা পাউতাক পীবিবা অহবুনি। অহনা অতোপ্পা গুরুগী মকমদগী পাউতাক লৌই হায়বা মহাক মশানা থঙলবস্থ উপ-কোশলবু শাউখিব্রে। সত্যকাম্না হায়রকই, "মৈশিংনা মঙোন্দা হৌরম করিদ: পাউতাক পীবগে?"

মতম অহুদা উপকোশলনা গুরুগী মকমদা মৈশিংনা মঙোন্দা পীবিখিবা পাউতাকশিংহ্ তম্লে।

শিষ্যগী ৱা মুম্না তারবা মতুংদা সত্যকাম্না হায়রকই, "লাইশিংনা নঙোন্দা তাকপিখিবা অহুদি মীরম্লেন অমদি লাইরম্লেনগী মরমদনি। হৌজিক ঐনা নঙোন্দা ব্রহ্মগী মরমদা পাউতাক শুপায়না পীরগনি। থম্বাল মনাদা ঈশিং পকপগুম ব্রহ্মজ্ঞান ফংলবা মী অহুগী মশাদা করিগুম্বা পাপ অমত্তনা শোকপা ঙমদে।"

অসি হায়রগা সত্যকাম্না উপকোশলদা ব্রহ্মবিদ্যা তাকপিরে।

# দ—দ—দ

ব্রহ্মাবু বেদদা উপনিষদদা 'প্রজাপতি' হায়না কৌরি— মরমদি মহাক্কুনা প্রজা শেম্লিবান। লাই, মী অমস্তুং হিংচাবা—পুম্নমক অসি প্রজাপতি ব্রহ্মানা শেম্বনি। মুপ্নগী শেম্বিবদা নত্তে মখোয়বু তাকপি-তম্বিবগী থৌদাংস্তু প্রজাপতি মশামক্লা লৌরিবনি।



লাই, মী অমস্তুং হিংচাবা মখোয় পুম্নমক অসি প্রজাপতিগী আশ্রমদা লৈরম্মী। মতম কুইনা মখোয়না ব্রহ্মচর্য্য চংতুনা প্রজাপতিগী মঙ্গমদগী পাউতাক লৌগদবগী তাইহনা লৈরি। ব্রহ্মচর্য্য

চংতনদি মঙাল কংবা ওইথোক্তে। অদুগা মঙাল য়াওব্রবদি বিদ্যা কংবসু ওইথোক্তে। মরম অসিগীদমক মখোয় ব্রহ্মচর্য্য চৎলবনি।

লাইশিংদি মহৌশনা লমচৎ ৎকৈ। ব্রহ্মচর্য্যগী গুণনা অৌতশিংদগী ইহান-হান্না লাইশিংনা মঙাল কংই। অদুনা মখোয়না মরামদগী হান্না প্রজাপতি ব্রহ্মাগী মনাক্তা চৎলকই। মখোয়না হায়রকই, "ভগবান! ঐখোয় মতম শাংনা ব্রহ্মচর্য্য ঙাকচরে। হৌজিক ঐখোয়দা পাউত্তাক পীবিরো।"

প্রজাপতিনা য়াম্না শম্না পাউত্তাক পীরকই। মহাক্না অস্তুম্না হায়রকই, "দ।"

অসি হায়রবা মতুংদা মহাক্না খল্লকই, মানা হায়রিবসি লাইশিংনা খঙবা ঙম্লগদ্রা? অদুনা মহাক্না হংলকই, "ঐনা হায়রিবসি নখোয় খঙবদ ঙম্লেদ্রা?"

লাইয়াম্না মখুং লোয়দুনা খুম্লকই, "হোয়, প্রভু খঙজরনি।"

প্রজাপতিনা অমুক হংলকই, "করি খঙলবগে হায়য়ু?"

মতম অদুদা লাইয়াম্না হায়রকই, দ হায়বগী অর্থদি দমন তৌ হায়বদি খুদুম চল্লু।"

স্বর্গ লুংঙাইবা মকম্নি। লাইয়াম ভোগকী লুংঙাইবা লুপভুনা লৈ। ব্রহ্মচর্য্য চংপদা অমুক হেন্না থম্মোয় শেংলক্লবনা মখোয়না খল্লি, ইন্দ্রিয়বু খুদুন চনশিনবতনা থম্মোয় শেংনা থম্ন বগী অখোইবা উপায়নি; অদুনা প্রজাপতিনা 'দ' হায়বত্তদা মখোয়না ইন্দ্রিয়বু খুদুম চল্লু হায়না লৌরিবনি।

লাইগী মথংদা মী লাকই। মখোয়নশু প্রজাপতিনা অহুম্না হায়রকই, "ভগবান! ঐখোয়না মতম কুইনা ব্রহ্মচর্য্য চংচরে। হৌজিক পাউতাক পীবিয়ো।"

লাইয়ামদা পীখিবা অহুগুম্না প্রজাপতিনা য়াম্না শম্না পাউতাক পীরকই, "দ।"

অহুগী মতুংদা মহাক্না অমুক হায়রকই, "ঐনা হায়রিবসি করিনো হায়বা মখোয় খঙলবরা?"

মীয়াম্না খুম্নকই, "খঙচরে ভগবান।"

ব্রহ্মানা অমুক হংলকই, "নখোয়না খঙলিবহু করিনো হায়য়ু।" মীয়াম্না মতম অহুদা হায়রকই. "দগী অর্থদি দান তৌ হায়বনি।"

মীওইবদি মহৌশানা মশাতগী খনগল্লি, মীহৌ চাওই। ব্রহ্মচর্য্য চংপদগী খম্মোয় শেংলক্লে অহুনা মখোয়না ব্রহ্মাগী পাউতাক অহুবু 'দান তৌ' হায়বনি হায়না লৌরিখনি।

ইকোম-কোনবদা হিংচাবশিং লাক্লে। মখোয়নশু প্রজাপতিদা হায়রকই, "ভগবান! মতম শাংনা ব্রহ্মচর্য্য চংচরে—হৌজিক ঐখোয়দা পাউতাক পীবিয়ো?"

হন্দকশু ব্রহ্মানা হায়রকই, "দ।"

অহুগী তুংদা মহাক্না অহুক হায়রকই, "ঐনা হায়রিবসি করিনো হায়য়ু?"

হিংচাবশিংনা খুম্নকই, "দ হায়বদি 'খোজাল হৈয়ু' হায়বনি।"

হিংচাবশিংদি মহৌশানা তমথী, ব্রহ্মচর্য্য চংপগী মহৈনা মখোয়গী খম্মোয় কনা য়াম্না শেংলে, অহুনা মখোয়না লায়না

খঙবা ভয়ে অহুদি, মক্সানা মখোয়বু থৌজাল হৈফনবা পাউতাক পীরিবনি।

অদুম্না ব্রহ্মাগী পাউতাক "দ" বু লাই, মী অঁমসুং হিংচাবনা মখোয় মখোয়গী বাখলগী মতুং ইন্না তোঙান তোঙানা অর্থ লৌরখি। অদুগা লাই, মী অমসুং হিংচাবগী মশা মশাগী থেম্বা লমচৎ-শাজৎ অদু মখোয় মখোয়না লৌরিবা অর্থ অদুনা মরেক শেংনা উৎলি।

ঋষিশিংনা শাস্ত্র কয়াদা পাউতাক অদুম অসি পীরম্মী— 'দম. দান অমসুং দয়া'— ইন্দ্রিয় থুম্হন চনু, দান তৌ অমসুং থৌজাল হৈয়ু।

লোইরবা

## চিলড্রেন বুক কম্পিটিসন্দা মনা ফংগ্রবশিং

**রঘুমণি**

১। অষ্টাংগী পঞ্চ-তন্ত্র
২। লৈবাকী গাড়ী
৩। ভাগবতকী ৱারী
৪। পঞ্চ-তন্ত্রগী, ৱারী খরা
৫। লমজিংবা
৬। কাম্নবা ৱারী খরা ( অহানবা শরুক )
৭। কাম্নবা ৱারী খরা ( অনিশুবা শরুক )
৮। উপনিষদকী ৱারী
৯। মরুপ কায়নবা
১০। কেশকী ফল
১১। মচিল-মৌপন্না
১৩। তুলসী

**ইবোতোম্বী**

১। ইমাগী ইবুংঙো
২। মমু ইবুংঙো

**নন্দো**

১। বিজ্ঞান্দি খবক্তি
২। লমজিং বিজ্ঞান

**দেবলা দেবী**

১। খঙবদা কাম্নবা

ফংফম :— দেবলা বুক ষ্টোর, মসজিদ রোড, ইম্ফাল

## চিলড্রেন বুক কম্পিটিসন্দা মনা ফংগ্রবাশিং

### রঘুমণি

১। অঙাংগী পঞ্চ-তন্ত্র
২। লৈবাক্কী গাড়
৩। ভাগবতকী ৱারী
৪। পঞ্চ-তন্ত্রগী ৱারী খরা
৫। লমজিংবা
৬। কাম্নব ৱারী খরা  অহানবা শরুক )
৭। কাম্নবা ৱারী খরা ( অনিশুবা শরুক )
৮। উপনিষদকী ৱারী
৯। মরুপ কায়নবা
১০। কেশকী ফল
১১। মচিল-মোপরা
১২। তুলসী

### ইবোতোম্বী

১। ইমাগী ইবুংঙো
২। মপু ইবুংঙো

### নন্দো

১। বিজ্ঞানদি খর্বক্রি
২। লমজিং বিজ্ঞান

### প্রেবলা দেবী

১। খঙবদা কাম্নবা

ফংফম :— দেবল বুক স্টোর, মসজিদ রোড, ইম্ফাল